


মনিপুর লিটরেসি কাউন্সিল
ইম্ফাল

# মনিপুরদা শিন্দম্বা

অফোংবা
মনিপুর লিটরেসী কাউন্সীল
ইম্ফাল।

মমল লুপা মঙাতনি।

হানবা ফোংবা

শাক ১৯৮০, সেপ্তেম্বর তাং ৮

৫ — লিশিং অমা

ইণ্টরনেসনেল লিটরেসী ডে

অমদি

মনিপুরদা শিন্দম্নগী বাফমদা

নৈন মীফমগা মরি লৈননা পুথোকচবা।

নম্ফম

থোংনাংথাবা প্রেস,

খুরাই লমলোং কৈথেল।

# হিরম লমাই

হিরম লমাই

# মনিপুরদা ছিন্দম্মা অমসুং থবক ফংদবা

প্রো: কিসন সিংহ,
ভাইস প্রিন্সিপাল,
পি: জি: টী: কলেজ, ইম্ফাল

থৌজাল হৈরবি মহৌশা লাইরেম্বীগী মমল নাইত্রবা খুদোল কয়া ফংজহনা, লিরি থোইবিনা, নিঙাইদনা মহৌশাগী ইংলবা লৈকোন অমদা থুন্দা লৈতাহনা লৈরিবা পিথোরকপা কলাগী গুন কয়া চায়া পোকচরকপা মনিপুরগী মিয়ামগী পাও ঙসিদি ভারতকী পাওগী চে কয়াগী লমাইদা অচৌবা ময়েক্লা ইহুনা অহানবা লমাইদা ইনরক্লিবসে, লমদমসিগী জগোয়গী, ঈশৈগী, শান্নবগী, ফজবা থুংসেমগী অমসুং চাওথংলোনগী নত্তে, তৌবতবু পাওশিং অসি হিংশাগী থবক কয়াগী, নোংমৈ কান্নবগী, মুংথিল পোবোপ্তা মী হাৎপগী, লুটকি, মীগী য়ুম মৈ থাবগী অমসুং অসিগুম্বা মথলগী থুন্নাই অমসুং লৈঙাকলোনগী চৎন পথাপতা চয়েৎনরকপা ভাক্তগীনি।

মনিপুরগী লৈরিবা সমস্যাশিং অসিদা মিৎ ভাংসিন্নহনা থংসিন উসিন্নদনা মতম কুইনা লৈরক্লিবা কেন্দ্রগী লুচিংবশিংগী লুজদবা শাজং, মুংশি হৈতবা মীচাবোক সরকার অমগী মিংয়েংদা কুইনা নমসিন্দুনা লৈরকপা অমসুং অতৈ য়ুমলোন্নবা ষ্টেটসিংমা ভারতকি মাই-

য়োক্তা থুংলাই পাইবা লানহৌ তৌরকপা অসিমচংবগা মনিপুরগা ম'মনা য়েংবিদবা, শেঙ্গাও পায়বা লল্লোনবশিং, শ্মগলরশিংবু শেনগী মতেংনা সয়কার সেম্বা অমসুং থুগাইবদা শক্তি লৈহনখিবা; থবক চাপ্পা অমসুং প্রমোসন্দ কেন্দিদেটশিংগী মেরিত কাওথোক্লুনা খ্বায়দগী চাওনা নিলাম ওকপা ছন্ব মীদা পিখিবা, পব্লিক সারভিস কম্মিসনগী কান্নবা লৈহন্দনা মন্ত্রি এম, এল এনা সুপখিবা অমসুং ডিরেক্কসনগী মতাংদা "আয়া রাম গয়া রাম" গী ফিবমদা চোংথোক চোংসিন তৌহনা লৈখিবা অসিনচিংবনা শংবান্ননা ফজবা চীংলৈবাকী লৈকোন অসিগী মবুক তপ্লবা, চমজরবা মীয়াম্না থোইশাওনরকপগী মরম্নি। চায়রিব'সিগী মথক্তা ষ্টেট অসিগী মীশিংগী ৭০% না লৈথা তানা লাইরবা কাংলুপ্তা লৈরি। য়ুমথোং থুদিংদা লৈরিবা ইয়োংগী শিন, অমসুং থাও শুম্বা, চেং তকপা মিল থরা নত্তনা ইন্দষ্ট্রী অমসুং ফেক্তরিগী বাদি পল্লুদবনা ফয়বনি। মরক অসিদা ঠীকাদার, কার-বাররালা, রাজনিতিবালা, ঠিকা পিবা ওম্বা অচৌবা অফিসাররসিং অসিনা নমহুনা সেমকপা ইনাকথুনবশিং অসিদা য়াংনা য়াংনা ইনাক থুনগংলক্লুনা হৌজিক্তি খেন্নবা লৈতবা মনিপুরগী সোসাইটি হায়না চাওথোকচরম্বহু য়ারক্লে, খেন্ন-খেন্নবা থাক্তি মী থোরক্লি। থোরক-খিপনি। অসিগুম্বা মরম ময়াম অসিদগী ভ'সিগী লাকসনবদা বায়বা চরাংনবগী ফিবম অসি য়োরক্লিবনি।

হৌজিক থম্নগদবদি ইজুকেসন্না সমস্যাশিং অসিবু শাথিবা হেঙ্গংলকপদা মতেং পাংথিত্র লোইননা ঐথোয়না হিরম অসিবু

খন্নবগী দবক'র লৈহল্লকপ্রা ? মনিপুরবা ভারত্তা তিন্নিনবিবা মতুং অসিদা তসেংনমক ইজুকেসনগী ধরা অমদি লৈরক্লিবনি। চৌজিক গৌজিকমক মনিপুর অসি ভারতকী খ্বায়দগী হেন্না লাইরিক মরেক চংলবা ষ্টেট অমনি। চান্নগী হিংদা পাবদা ভারত পুম্নগী ওইবা চাংদগী হেল্লি। অসিগুম্বা ইজুকেসনগী মভাগদা মীয়াম্না লৈভাক্লোনগী অমোংপা অমস্তুং খুন্নাই অসিগী সেন থুমগী হিংবগী থাকী মরমদ কুশংখনা রেংলক্লি। অসিগুম্বা চুম্না বাখল খন্ব হৈরবা মীয়াম্মু বাহস্থোক য়াওদবা স্লোগান, ওইথোক্লরোইদবা লুচিংবশিংগী বাশকা খাজহুনা পংখত্নুনা লৈয়ু মারক্কে, লোইননা লাইনিং পুরেলসিংনা লাইনিং লম্বীগী মিংদা, খুন্নাইরোলগী মিংদা অমস্তুং ইনাৎকি বা কয়া হায়জিন্দুনা থমাইবা য়ারক্কে।

তসেংবমক ইজুকেসন হায়বসিনা নহারোলশিংদা অনৌবা অংশা কয়া পান্দম কয়াদা চংসিন্নবা থোগৎলি। লাইরিক হৈহৌজবা মমা-মপাশিংনা মখোয়না থেংনরক্লবা লাইরিক হৈহৌদবগী অবাবা মরাম অত্তুদগী মচাশিংবু কন্নবগীদমক অমস্তুং মচাশিংবু 'সাহেব' হায়বহু ওইহন্নিংবদগী, শিল্লং লৌমি, রিক্সো বালা, পিয়োন ওইবা খুৎন্নমল খজিক্তং কংবা কাংবুনা কনভেন্ট স্কুলসিংদা থাহুনা অবাবা কয়া মাইয়োক্লরি। য়ামজ্রবদা মখোয়না মচাশিংবু হুমাং তাদনা শেল তালহন্নিংই। অসিগুম্বা কয়া অসিনা মরম ওইহুনা লাইরিক হৈরবা মীওই করানা খুজংদগী সহরদা হোজংলকই— মরমদি খুজংগী লমদা মখোয়গা চানবা খবক লৈতে লোইননা অনৌবা অমস্তুং

চাওখৎপগী থুদোংচাবা লৈতে। লাইরিক হৈরবা তুংদা থুঙংদা অমুক হন্নিংবগী বাখল লৈরক্তে।

লাইরিক হৈরবদি ময়াই ওইবা থাক্তি মীওই অমগী মমল, হিংবগী থাক অমস্তুং অকে অমোৌগী থুদোংচাবা ফংলকই। অসিগুম্বা মীওই অমবু থুঙংগী অচম্বা পুন্সি মরেন অহুদা অমুক হঙল্লকপা হান্নগী কিজেৎ চাকচা অদু অমুক চুসল্লকপদা অরাবা ওইনরি। মশানা তানা হায়রিবা অকে-অমোৌগী হিংবগী থাক অসিদা লৈবা ওম্নবগী-দমক চাং নাইবা চাগা অমা মথৌ তারকই। লাইরিক হৈরবা মীওই অমবু সেনফম থরা চাং মাইনা ফংহনবা হায়রবসি মশানা তানা মীওই অহুদা থবক পিবা হায়বসিনি। থবক ফংদ্রবা নহারোল কয়ানা নিংবা কাইরবা পুন্সি মরেল অমদগী সেরায়না চৎথিহুনা থুম্নাই অসিদা চয়াংনবা থোরকই।

হিরম অসিদা মথা তানা নৈনবা তারবদা সোইদনমক উরকই মহুদি লৈমীবা শিন্নবগী কাংলোন অসিনা থবক ফংদবগী ময়ম্নি। ম্নাইফবা থুম্নাই অমগীদমক্তা মথল মথাগী শু-নোম্বা মীওই লৈফম থোকই। ময়ম অহুনা শিন্দম কাংলোন অসি সেমদোক্তুনা হিরম-হুগী চাম্নবা মীওই অমম্তুং থবকি লমদা শিন্দম পিবা লোইননা শিন-ফমগা মরি লৈনবা, পোথোক পুথোকপা ওম্বা শিন্দম অমস্তুং লৌউ শিংউবগী থবক্তা হাকথেংনবা শিন্দম পিবিগদবনি। মহুক্তদা থুম্নাই অসিদা বাত্না লৈরিবা মীওই পুথোকপা ওমগনি। হিরম অসিদা থম্ফগদবদি মীওইবগী প্রাঙলনা শু-নোম্বগী দরকার অহুনি মরুবদি

ভারতকি ইঞ্জিনিয়ারিং ইজুকেসনগী মওং চুমথিদবদগী নিংথিবা থং তৈববা ইঞ্জিনিয়ার লাক্ক কয়া হৌজিক থবক ফংদবদগী নিংবা কাই-রিবসিনি। থবক ফংদবা হায়বাস ভশেংনমক থুদোং থিরবনি অদুবু তেমা থুদোংথিবদি অরাংবা থাক্কি শিনকমগী মহৈ তৈববা মীওইবু থবক ফংহনদবা হায়বসিনা তৈতাক্লোন্দা অমসুং থুমাট অসিগী ভংজু তৈতাবা পুশিনা অকাইবা শিরকই। 'ব্রেন-ড্রেন' হায়বা লমদম অসিগী অহৈ-অশিং কয়া মীতৈবাক্তা চৎথিবা, মতোমতা শিজবা, অমসুং ফিংশাগা লোইনবা কত্তবা থৌদোক কয়া থোক্লকই।

শিল্পগী হায়বসিদি ইন্দষ্ট্রী অমদি নত্তবনিবা ভোকেশ্নেলাই-জেসন তাক্তনা থবক ফংদবগী সমস্যা কোকহনবা ওমদে। মসিদি চুম্নভগী নহারোলশিংবু লৌশিং লমতাক শিবনি, থবক্তি পুথোক্তে। ইন্দষ্ট্রী তৈভনা লাইবিক তম্বা অসিনা ভোকেসনেল ইজুকেসন শি-ৰবম্ব করিন্থ কান্নদে।

বার্ল্দ বেঙ্ককি 'Combating Unemployment' কৌবা বুলেটিন অদুনা হায়বদু চাওরাক্লা পনবা তারবদি ইজুকেসন হায়-বসিনা হাকথেংননা রেভিনিয়ু কারকুবা উপাই নত্তবগুম ভোকেসনে-লাইজেসন থক্তনা থবক ফংদবা হায়বসিগী কুইনা তাকথোকপা য়াগদবা উপাই নত্তে।

মথক্তা চাওরাক্লা থবক ফংদবা হায়বসিনা থোকহল্লকপা থুমাই অমসুং তৈবাক্তি চয়েংনবা থরা পল্লগে। মীওইবা কাংলুপা হেক তৈরিবমথৈ মসিগী উপাই থিনথিগনি অমসুং য়াম্না তহা তহানা

পোরম অমা য়াৎলবা মতুং হেক নোংঙানবদা সমস্যা অসি কৌখোক-খিবা য়াম্নোই মরম অছুনা ঐখোয়না মতম মতমগী থাংমবা লেম্নবা উপ্যাই অমসুং মতম পুম্বদা সমস্যা অসি খোয়ক্তনবা খেংনমবগী-দমক্ত সেম সাবা তাই।

**থুদক্কী ওইবা উপাইশিং:**

থুদক্কী ওইবা উপাইশিংদা খোইদোকপা শিংথাবা য়াবা থবকশিংদা মনা মথুম পিবা অমসুং পুক্নি লেম্নবগীদমক সরকারগী থবক নত্তবা অতোপ্পা লম্নাই থবক নোম্বশিংবু পুক্নিং খোগৎলম-চিংবনি। উপাই থরদি মথাগী পিজরিবা অসিনি।

(i) হাংহুনা লৈরিবা ফমশিংদা মতিক চাবা মীওই হাপ্প নীদমক ভোকেস্নেল গাইডেন্সকি নিয়মশিং ফগৎহনবা।

(ii) নহারোলশিংদা থবক পিবদা মেরিট য়েংলগা পিবা, অতৈদা হায়বদি রিজাবনচিংবদা পিদবা। ইকে য়ুনিভর্সিটীগী ছাত্র শিংদা খোবুরেল আবোলোনা ইং ১৯৭০ দা হায়খিবদু নিংশিংবা য়াই। মীপুম ফিংনা থংনরবা বা ফম ওইরবা মিচং মিথাই নাইব', মরি মত্তা য়েংবা অমসুং শেঙ্গা থুমজা তৌবা অমসুং অয়াবা মওংগী চৎনরোল ময়াম অসিনা অবাংবা থাকি থবকশিং থনবদা শিনফমগা মরি লৈনবা য়ুহৈ থাক য়েংদনা, হৈ-শিংবগী বা কাওথোক্ত্না অমসুং মীগী মগুন য়েংদনা থবক্তা থঞ্জিল্লি। বাফম অসি হৌজিক্কী থবক মথাদা য়োল্লিবা লৈওাক্লোন পায়রশিং অসিনা য়াম্নমক মরু ওইনা হায়বগুম লৌবা য়াই।

(iii) থবক থিরিবসিংদা থবক হাংবগী অমস্তুং থবক হাগগী খুদোংচাবশিংগী পাও য়ৌরিত্রা হায়না থিগংকদবনি।

(vi) খুৎদক্তা অথুবা মওংদা মশানা মশাবু থবক পিজনবা থৌরম করা লৌথংপা।

(v) থবক চংবদা দরকার লৈবা থংফম থোকপা থবক মরি লৈনবা ত্রেনিং পিত্থনা ত্রেনিং ফংদবনা মরম ওইত্থনা থবক চংবা য়াদবা কোকতুনগদবনি।

(vi) নচারোলগী পাজল লৌশিংবু মকম চানা শিজিন্নবা য়ানবগীদমক পোস্থা হৈথাকমদা হৈনিংবা তৌবা য়াবা থবক থৌরম শেমত্থবা সোসিয়েল সার্ভিসগী প্রোগ্রামচিংবা শেম্বা।

(d) মতম কুইনা চংনগদবা উপায়শিং:

মথক্তা পিল্লিবা উপাইশিং অসিদদি খুৎদকী ওইবা থজিক শাফনবা উপাইশিংনি অমস্তুং তসেংবা তুং কোইবা য়ারোই। মরম অত্থনা ঐবোইনা তুং কোইনা অয়েপ্পা উপাই অমা থিবা তাই। মরম অত্থনা সরকারনা হিরম মতাগী থবকি লমদা কুম্না য়েংশিনবা য়াই।

(A) খুজংশিংবু য়াম্নমক অচৌবা থৌরাংনা চাওথংহনবা। (B) শিন্দম কাংলোন শেমদোকপা (C) লেবর লো শেমদোকপা (D) মীশিং হেজংপা থিংবা (E) হিংবদা তঙাই ফদনা চংবা পোৎ-লমসিং য়েস্তোকপগী নিয়ম অসি শেমদোকপা।

মথক্তা পিজরিবা হিরম মতা অসিগী মমুংদা শিন্দম কাংলোন শেমদোকপা হায়বসিমতং বারেং অসিগা মরি লৈনৈ। খুদোংথিবা

ফিবম অসিদগী কয়বগীদমক্তা মসিবু চেকসিন্না য়েংসিনবা তাই লোইননা মনিপুরগীদমক্তা মিশিং হেক্সংপা থিংবা হায়বসিন্থ য়াম্না মক ওই। বিঃ মিঃ গী হিংদা মী ভাবগী চাং অসি ভারত পুম্বগী ওইবা চাংচত্তগী মনিপুরগীনা হেল্লি। মনিপুরনা ভারতা পুন্নবা তুংদা মপান্দগী চংসিল্লকপা মীওই য়াম্বা অমস্তুং অতাং পোক-পগী চাং য়াম্বনা মরম ওইদুনা মিশিং অসি লমগী পাক চাওবগা চানরক্লি বনি। খুদোংথিবা অসিদগী কয়বগীদমক য়াম্নমক থুবা অমস্তুং মচিন য়াম্না লোংবা তেনগুম কায়বা খোরম পাংথোকপা তাই। খুনংগী লমশিংদা অমস্তুং চীংদা য়ুম কৈ শাবা, হকশেল কাংলোন ওইবা ছিন্দবা, সোসিয়েল সার্ভিস, লম্বী থোং অমস্তুং ই-পাওগী থু-দোংচাবা লৈহনগদবনি। লোইনমা অনৌবা পুন্সিগী অক-ন্নুংতাই পুন্নমক ফংহন্নবা শিনগদবনি। ছিন্দম্বগী লমদা য়াম্নমক চাওবা অহোংবা দরকার লৈবি। ছিন্দমসংসিং হেক্সংহনবা ভারবদি মহুগী দরকার ওইবা মচাকসিং অমস্তুং মহুদা থবক পুগদবা মীওই কয়া দরকার ওই।

ফোরমেল অমস্তুং নন-ফোরমেল ইজুকেসন অনিমক্না তক-সিন্দুনা খুনংগী লমদা লৈরিবা অতাং, অহল, লৌমি, শিল্পী পুন্নমকপু বিজ্ঞানিক ওইবা মিংয়েংদা কলচনবু য়োকথংপা, শিনকমগী মরি লৈনবা ছিন্দম পিবা তাই। মীয়ামগী পুন্সিদা হিংবগী তত্তাই ফদনা চংবা পোং চৈশিং য়োম্বোকপগী মওং চুমথোকদবনি। লনাই কায়বায়-বালাগী শেন্দোং তান্নিংবগী বাথল, হুয়ান পোংয়োন তৌবা কাংবুগী

লমচৎ, মরম চাদনা পোং-চৈ শিজিন্নবনু কুপ্পা য়েংসিনবা তাই। ভোটকি মতমদা 'শেন' হায়বা অসিনা ঐথোরগী মীয়ামগী অচুম্বা রাখলবু সেয়াম্লনা পুথিদনবা চেকশিনবা তাই।

অসুম ভোৱা ছিন্দম্বা হায়বসিনা থবক ফংদবা মী থোক-হল্লক্তনবা উপাইদি ওইবা য়াই। অয়াম্বদি পুম্নমক অসে লৈঙা-ক্লোনগী, খুন্নাইরোলগী অমসুং শেনথুমগী কিবম ফহল্লগা ওইগ-দবনি। খুদোংথিবা অসি মাইয়োক্লবদা য়িংয়েং তাম্না চংসিন্দুনা নোমগদবনি। ছিন্দম কাংলোন শেমদোকপা অদো অঙুকি মতিক ফত্তুনম্ব মসি শেমদোকত্তনদি অয়োইবা উপাই ওইবা য়ারোই।

মৈতৈলোন্দা লৌথোকপা— থাংজম বিনোদ।

---

# মনিপুরদা শিক্ষাগী সমস্যা খরা

ডাঃ জামিনী দেবী
এম. এস. সি. পি. এস. পিএইচ. ডি. ডিপ্লোমা (জর্নেলিজম)
সেনিয়র লেকচরর এন্দ হেদ ওফ দি ইদুকেশ ডিপার্টমেণ্ট
ডি. পি. কলেজ।

শিক্ষাগী হৌজিক চংনরিবা পথাপ অসি হোংদোকপা চুবলে হায়না খল্লকলিবসি ফন মকুইরক্লে। হোংদোকনিংলিবা অসিগী মরমদি সমস্যা কয়া লৈবা অমোয়রবা কয়া লৈবদগীনি।

অহুগা শিক্ষা হায়বসিমক্তি মপুঙ ফাবা পুন্সি লেন্নবগীদমক মী খুদিংমক্লা দরকার ওইরিবনি। শিক্ষা ফংড্রিবা মীওই অহুদি শেংদোকতুনা লংহনরিবা মুংঙৌগুম্বনি হায়রনা এন্তিসননা মত পী। শিক্ষা ফংলগা মী অহুনা মশাগী মগুন নিংথিজনা ফোংদোকপা ওমই। সমাজবু চাওখৎপগী লম্বীদা খুমাং চাওশিনহনবা ওমই। সমাজবু চাওখৎহন্নবগীদমক মীপুম খুদিংমক মহৈ হৈবা তঙাইকদবনি। অসিগীদমক গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক্তদি সিক্ষা ফংবা হায়বসি মীপুম খুদিংগী অধিকার ওইরি। লাইর অমং, জাৎ-বিজাত, মুপা মুপী খায়দনা নাগরিক খুদিংমকপু মহৈ তম্বা ওমহন্নবগীদমক ভারতকী সংবিধাননা চহি ৬ তগী ১৪ কাওবগী অঙাংশিংদা ফ্রি অমসুং কমপ-লসরী এড্.কেসন পীনবা থৌরাংলি। খুদোংচাদবা মরম কয়াদগী থৌরাং অসিগী মথাদা লাইরিক লাইশু তম্বা ফংহৌড্রবা চহি ব্রাইশিল্লবা মীওইশিংগীদমক্তসু নন-ফোর্মেল এড্.কেসন, এডল্টএড্-কেসন প্রোগ্রামগী মথাদা শিক্ষা ফংহন্নবা সরকারনা থৌরাং কয়া অমসু লৌখৎলি।

থৌরাং কয়া অসি লৈহুনসু মীপুম খুদিংমা শিক্ষা ফংবা ওমদে সমস্যা কয়া লৈবদগী মনিপুরদা লাইরিক হৈবগী মশিং অসি ১৯৭১ গী মীকোক থিবগী মতুংইন্না মুপা মুপী পুন্না ৩২'৯ দনি। অমরোমদা হাররগা চামগী মচুংদা মী ৬৭/৬৭ হেন্না ইবা পাবা ওমড্রি হায়বা অসিনি।

মী মশিং অমুক য়াম্না হৈড্রিবসিগী মরমদি মনিপুরগী শেন্দ্রগী ফিভম ফত্তবদগীনি। সরকারনা হোৎনবীহুনা লাইরিক-তম্বগী

কিস হুন্দ্রে অহুম্নদি ওইরবদা লাইরিক লাইশু তম্বা হায়বসিদা ফিস নত্তবা পোৎচং কয়া মরুম চংই। শেংনবা ফি, তম্নবা লাই-রিক, চে, কলম, মুক, নোং তাবদা চোংতনবা হাত্তিন, নিংথম থাগী অরুম্বা ফি, খোংউপ অসিনচিংবশিং অসি চয়া অনিদং পুক থম্না চাবা কংদবা মীশিং অহুমীদি কংবা য়াম্না লুনা থোকই। অহুনা অঙাং অয়াম্বা স্কুল কাদে। মতম থম তমলুম্নবসু মতুংতাবা ওমদহুনা তোকপনা অয়াম্বনি। থর চাউরবা অঙাংশিংবুনা মমা মপানা য়ুমগী থবক ইনথাং তৌবা, শেল তানবদা শিজিমৈ। মীপুম তিংনা লাইরিক হৈহনবা তারবদি দরকার ওইবা পুম্নমকসি সরকারনা পিবা তাবনি। মনিপুরদি লাইরবা লৈবাকমিনা হায়-রিবা পুম্নমক অসি পীবা ওমদে অহুমরা শিক্ষাসি কমপলসরী ওইহনবা ওমদ্রি। অহুনা হৌজিক মনিপুরগী ওইনা লাইরিক হৈহনবগী তাল্লিবা পান্দমদি চহি ৬—১১ ফাওবগী মশিংনা ৮২% নি। অহুগা চহি ১১—১৪ দনা ৫৫% নি। কিস হুন্দবগী মথক্তা লাইরবা মমা মপাগী অঙাংশিংদা স্কোলারসিপ অমদি অতৈ থুদোং-চাবা থর পীহুনা পান্দম অসি কংনবা হোৎনরকই। অহু কাওবা কংবা ওমদ্রি। শেল য়াম্না চংহন্দুনম্নু শিক্ষাগী মায়কৈদা অমাংবা (wastage & stagnation) থোকলি। থর তমলম্নগা তোকখিবা মশিং য়াম্না য়ামই।

মনিপুরদা শিক্ষাগী থেংনরিবা সমস্যা অমনা মুপীগী শিক্ষাগী মত্তাংদনি। ঐখোয়না থেংনরি ওসি মুপী মচা য়াম্না য়াম্না কুলদা

কোলেজদা লাইব্রিক তম্বা অদুবু খুঙ্গংগী লমদদি মশিং য়ামদে। অদুনা। সুপী লাইব্রিক হৈবগী মশিং অসি চামদা ১৯.২২ দগি হায়বদি সুপী চামা খুদিংগী ৭০/৭০ দি ইবা পাবা ঙমজিবনি। লাইব্রিক হৈবা সুপাগী মশিংনা সুপী লাইব্রিক হৈবা মশিংদগী য়াম্না হেল্লি। তশেংবদি সুপী লাইব্রিক হৈবগী মশিং অসি সুপীনা হেনফম থোকপনি মনিপুরদা ময়মদি কিস হুন্দবতা নত্তনা সুপীশিংগীদমক্তা স্পেসিয়েল প্রোগ্রাম কয়া অমসু লৌখৎলি। প্রোগ্রাম অসিনা খনগৎলবা ছাত্রী ১০০০ দা এটেন্দেন্স স্কোলারসিপ, ছাত্রী ৯০০ দনা টেক্সবুক, ইউনিফোরম নচিংবগী স্কোলারসিপ পীরি, প্রাইমারী অমসুং মিডল স্টেজদা। অসিগী মথক্তা সুপীশিংগীদি ক্লাস নাইন ফাওবা শিক্ষাসি ফ্রি ওইরবনি। থৌরাংশিং অসি সুপীশিংবু শিক্ষাগী লমদা হেন্না পুক্লিং চিংশিন্নবা অমসুং পামহন্নবনি। অদুবু সুপীমচাশিংনা সুপামচাদগী য়াম্না শোন্থরি। মসিগী মরমদি চৎনবী ওইনা মনিপুরদা মমা মপানা মচাসুপীবু সুপাগা মাম্না থনবা ঙমদবদগীনি। লাইব্রবনা ময়ম ওইদুনা অতাং ২ লৈবদা অমা লাইব্রিক তমহনবা তারবদি অমা অদু সুপামচা ওইগনি। সুপীদুনা চাকথোং কৌত্তু তৌদুনা থবক শিজিন্নগনি। য়ুম লেপ-হোগদোরিবা সুপানি সুপীদুদি চহি ১৫/১৬ য়োরগা লুহোংবীরগা লোয়রে অসুম্না থরে। শিক্ষাসি মতিক চাবা মীওই ওইহন্নবগী-দমক্তনি হায়না লৌবা ঙমদে। খুঙ্গংগী লমদা সুপীনা লাইব্রিক তম্বদা লোরুবা, মতম মাংহনবনি থনবা অসিসু লৈতবা নত্তে।

অসিগী মতাংদা হায়জনিংবা অমদি মন-কোযে'ল এডুকেসন প্রো-গ্রামগী মথাদা মমাওইবীশিংবু শিক্ষা পিদুনা জ্ঞান তাকহনদি মচাসুপী শেমনিংবা মহে হৈহননিংবা বাখল পোক্‌নবা সুপীমচাশিংগী মহৈ ভবগী অধিকার মাংহনবীরোই হায়বসিনি।

হৌজিক্তা মতমদা লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোলনা থবক তৌকয়, নোমকয় কংদবা অসিমু শিক্ষাগী অশোয়বা অমনি, সমস্যানি হায়না ময়াম্না লৌনরবনি ভারত পুম্বগী ওইনা। অনৌবা পথাপ ১০+২+৩ লাকপদগী মসিগী সমস্যা অসি থম হঙহনবা য়াম্ন-গনি হায়না লৌনরিবনি মরমদি +২ গী থাক্তা মথল মথলগী থবক বিদ্যা তম্বীদুনা ভম্বা লোয়রকপনা চাহগী মমুংদা ৪০ দি থবক্তী লমদা চংশিনহল্লগনি হায়না থাজনরি। অদুবু মনিপুরগী ওইনদি মসি য়াম্না লুরি। থবক্তী বিদ্যা, জ্ঞান পীবা হায়বসি কার্ম অমদা কেক্তরি অমদা চংদুনা তম্বা থওবা তাবনি ভমকমথং অদুগা মরী নৈনন। মনিপুরদা মসুম তৌবা য়াবা কেক্তরি লৈতে, ইন্দস্ট্রি, কার্ম মতিকচামা লৈতে। স্কুলশিংদা মতিকচানা থুজু থুংলই মী লায়না থমদুনা থওহননিংলিবা জ্ঞান অদু পীবমু মনিপুরগী লৈরিবা শেম্মগী কিভম অসিনা ওইথোক্কে। পথাপ অসিদা হোংলগা থবক্তী জ্ঞান অদু থিওরিদা পীবনদি হায়গী হাম্না অদুমওাম। সমস্যাসি কোকহনবা কন লুবা বাকমনি।

অবাংবা থাক্তী শিক্ষা পীনবা হায়দুনা মনিপুরদা কোলেজ মশিং য়াম্না হেনগৎলক্লে, ললোমবগী মওংদা। মগুন লৈবা মী

পুথোকপা শেম্বা ওম্বা কোলেজশিং অহুনী হৈরুবদে মতিকচাবা তম্বীনবা মীওই কংদে।

হিরম খুদিংদা তাম্বগী অকনবা লম্বুক্লেল চেপ্লুক্কপা অসিদা মথিংতা ওইনা মহৈ হৈরবনি হায়বনদি কায়ব বাৎলি। মগুন য়াওবা শিক্ষা কংবা তঙাইকদবনি। মনিপুরদা মগুন য়াওবা শিক্ষা পুরক্লবগী মায়কৈ অসিমদি য়াম্না বাৎলি হায়দবা ওমলোই। মগুন লৈবা মীশক শেম্বা মিং চনবগী মতাংদা খন্দোক খঞ্জিন চংই। মী খুদিং সাইন্স লৌগদবা নত্তে, পুম্নমক কোলেজগী শিক্ষা কংদবা য়াদে হায়বন্থ লৈত্তে। মগুনগা, হৈনবীগা চুম্না থবক থোরম তমহনা তোঙান তোঙানবা হিরমদা পুন্সিগী লাস্থেংনহনব তাবনি। তোঙান তোঙানবা হিরমশিংদা চৎকম লৈতবনা মরম ওইহনা মনি-পুরদদি হাইস্কুলদগী পাস তৌবমখৈ কোলেজদা মিং চম্বা তাম্নকই। খন্দোক খঞ্জিন তৌবা য়াবগী বা লৈতে। মগুন, হৈনবা মতুংইন্না সব্জেক্ট লৌহনবগী বান্থ লৈত্তে। তম্ফমশংগী মকোক ওইরবা, ওজাশিংম্থ মথোয়দনা থবক লৌখৎচবা ওমদে। মথকী অঙম অথোয়বা শিক্ষাগী লমদা খুৎ য়াম্না থিংজিল্লি। অরাকপা মখৈ মিং চনবা তাই। মিং চন্থহনবগনা আন্দোলন, অহুদগী সিট মশিং হেনগৎপা অসি চহি খুদিংগী ওইনা থোকলিবনি। সমস্যাসি কোক্লবা মথল মথলগী ট্রেড কয়ামরুম হাংহনা, গাইডেন্স সার্ভিস লৌহনা অতাংশিংথু খন্দোকনা চুন চুনবা লমদা তমহনফম থোকই।

মগুন য়াওবা শিক্ষা কংহনবগী লমক অকবা ওজা লৈখ হায়রসি খ্বাইদগী মরু ওইবনি। অদুবু মনিপুরদা মসিগী সমস্যা লৈতে

হায়রব য়াদে। মরামনা হায়নরি—ওজা থিকাদার; ওজা দুকানদার ওজা লপোনবা, ওজা কারবাররবালা ভাক্তনা অয়াম্ব ওইরে। মতাং অসিদা মরী লৈনবা অথরিটিনা ওজা থনবা মতমদা ওজা ওইবদা চংগদবা শুন চেনবা মীওবু প্রোফেসন অসিদা খনখীরবদি মশুন য়াওবা শিক্ষাগী সমস্যা থরদি ফগৎহনবা ঙমগনি। মনিপুরদা শিক্ষগী পান্দম ফংনবদা অপনবা পীরিবা অমবা মনিপুরগী খুঙং অমস্তুং চীংগী লমদা, লম্বীথোং ফত্তবা অমস্তুং পাউ ফাওনদবা অসিনি। হৌজিকস্তু খুল থরদি অঙাংশিংগী লাইব্রেরি তঙবদা য়ম্বা থাপ্পা চংপা তারকই। খুল থরদনা ওজা অমথক্তনা হোং নবা স্কুল কয়া অমস্তু লৈরি। স্কুল থরদনা ওজা মশিং হেন্না লৈ। মওং চানা শিদোক শিনজিন তৌহুনা থেংনরিবা সমস্যা কোকনবা সরকারগী মরী লৈনবা লোয়শংনা মতিকচানা ইন্সপেক-সন অমস্তুং সুপরভিজন তৌবীবা চুমই।

সমস্যা লৈতবা থবক থৌরম লৈতবা নত্তে। শেমগৎলগা করা ভাক্তনি। শিক্ষাগী লমদা সমস্যা য়াম্না থেংনরপা মতু থিজিন্নবা অমস্তুং ফগৎহন্নবা কমিসন কয়া শেমই। অমাবদি কমিসনগী রিপোর্ট অয়াম্বা চেদত্তা ইন্থুনা লৈবতম তৌই। থবক ওইনদি ইরৌ লৌথৎনদে। অন্তুবু মনিপুরদদি শিক্ষাগী মায়কৈদা থেং-নরিবা সমস্যাশিং অসি সরকারতম নত্তনা, ছাত্রশিংমচু ওজাশিংনা মমা মপা অভিভাবকশিংনা, সমাজনা পুম্বা অচুম্বা মওংদা থবক লৌথংতুনা ফগৎহনগনি হায়বা থাজৈ।

# মীতৈলোন্গী বনাম্

( অচম্ব মিৎয়েং অমদ )

লাজোম ইবোয়াইমা

মীতৈলোন্-গী বনান্-গী মতাং অসী য়েংনুববদি য়াম্ব লাই-বক থীরি। লোব্ অমগী খোম্থোক্-পু ময়েক্ক মহুৎ সিন্দুনা খোন্-কম্ অচুমবক লেঙহন্দনা থম্ব ওম্ব চায়বসী বনান্-গী মথৌনি। মচুমখ্রি ওটপ্রি। অচুন অইবগী কান্নব পীব বাংলি। কায়দবদ নতুন লাম চংখিবনু য়াওরি। য়ারিমথৈ অইবতুন খোম্থোক অচু চুম্ন থম্ব ওয়ব বনান্-গী কাওলোন্ থিজিন্-ব হায়বসি তঙাইফদে। বনাম্ পথাপ্ কয়া পুথোক্লে, অচুবু পুদোংথীব অসীদি ওসিকাওব লাঃখোকপ ওয়ব্রি। অচম্ব মিৎয়েং অমদ সম্ব পনজ্জব তঃরবদি :—

## মীতৈলোনগী কাংলুপ্

লোন্ অসী চাউরব লোন্ খুংপু সাইনো—তিবেতানগী মথাঙ্ কাঙ্-লুপ্ তিবেতো-বর্মন ফুরুপ্-কি মনুং চনি। মতাংসিদ ঐখোয়ম্ মীংসীংব য়াই, মতুদি, প্রিথিবিদ লৈরিব লোন্-সিং অসী খোলহাইগী মওংদ অমগ অমগ মায়রে। লোন্ থরদব য়েস, ইন্দোয়েসমচিংবন লোন্দুগী মপুংওইব সকুম ওই। অতুপ লোন থরদন খোলহাইগী অনেম্-অমাঙ্-গী মতুংইন আয়থ খেয়হনব অনিন

মরুওইব সক্তম্ ওই। ভাউঅল ১স্তং কোশ্নস্তকি মসক্তি থেন্নদব খোলহাইতন মরমওইহ্নন আরথ থেন্নহন্‌ব অসী 'তোন্' লৈব লোন্‌গি মচৎনি। অসিগুম্ব খোল্‌হাই লৈব খোল্‌হাই লোন্ (tonelanguage) গি মখুংচন্‌ব লোন্নি ঐখোয়্‌গি মীতৈলোন্‌সু।

ময়ান্‌গি মতাংদ অসোয়্‌ব অমদি মতাং অসীদনি। খোলহাই লৈজব ঐখোয়গি লোম্ব্ ইমব হোৎনব ম্নতম্‌দ খোলহাইগী মহুৎ সিন্‌গদব থুদম্ অমত্ত সীজিন্নক্রি। মন্নেকস্নু লোনসিগ সাগোন্নক্তব থেঙ্গনি মন্নেক্ক চৎনন্নি। চৎনন্নিব অসীন্ন লোন্‌সীগ চাঃ-নহন্নব হোৎনবগি মহুত্ত মন্নেক্‌সিং অদু সিজিন্নদব মাদে হান্‌বগি মতাগুম্ মফম্ চান্ন্-চাদে থিবিদন ম্নৈসিন্‌ব লাক্লনি।

মীতৈলোন্দ খোলহাই অনীন থেন্নব আরথ পীব বাহৈ মসীং ন্নান্মি। খোলহাই অসিমক্ ভাউঅলদ লৈব মরম্ন ঐখোন্নগি ভাউঅলসিংসিদ খোলহাইগি হাইগৎ-হাইথ থুদম্ পীহ্নন সীজিন্নব চুমগনি। কনাগুম্বন খোলহাই থেন্নবসিবু মাঙ-তুং চপ্‌লিব বাহৈ পরেংগি মতুংইন্ন লেপকনি হায়বসিতন মপূংওইন লোন্নিবসিদি সাইন্তিফিক্ ওইব মিৎয়েং নত্তে। খোলহাই চপ্ মান্নবদ আরথ থেন্নব বাহৈ ওইন্নবদি মাঙ্-তুং বাহৈগি মতুংইন্ন আরথ লেপ্ন ন্নাই। নত্রবদি, থুদম ওইন; 'চাউবা ঙা চান্নে' হান্নবসিদ চাউবদ ঊসিংদ ঙা চান্নে হান্নহ্নন তাক্লিব্রা নত্রগ চাউবন ঙা চান্নে হান্নন্নিব্রা থওব ওন্নদে। মরম্ অসীন চান্নেগি চা=চ+আ মসিদ চওলিব ভাউঅল আ (া) অসীদ লৈন্নিব হাইগৎ-হাইথ খোল্‌হাই অন্নীগি মসক্

লেপ্প খোলহাইগি থুদম হাপ্তুন সীজিন্নবদি খোলহাই লোন্ ওইরব ঐখোয়গি লোন্-গি য়ুমান্-গি মতাংদ ওত্থোক্ত থুংলোইগনি।

অনম্মা চারুবগি তাংলিব মরোক্কি মরকপি তোঙা'ব্ব মসক্ অনী অনী কাংব য়াওরিব ই (ি)—ঈ (ী), উ (ু) -ঊ (ূ), অসিগুম্বদস্থু পরীংচুম্ম থায়্দোকুন সীজিন্নব চুমগনি। হৌজিক্কি অখণ্ড-অহৈস্সিংন পীরিব "ঈ' হকচাংগি ঈ, "ই" য়ুম্ কুমব ই থঙ্নৈ, অদুবু 'ঈ' খোম্থোক্ত য়াম্নব 'ঈমা' হায়রকপ মতমদ 'ঈ' ইগনি হায়্বগুম্বসি মখোঙ্ হক্কব বানি। মসিগুম্বগি লৈথাই তাদবসি থাদোকুন মসা-মসাম পূম্নরিব খোম্থোক্ অহুম্নি ফিরেপ্ লেঙ্দম লৈহনব কাম্নগনি।

## আকার 'া'

### য়াওব ১স্থুং য়াওদব

হৌজিক্-হৌজিক্ 'া' গি মাখোকসি লোইট্রি। অদুবু অচুম্ব পূরক্কব লৈনবদি মখো তাই। 'া' অসী 'অ' গি নত্তে 'আ' গি অনীম্নব সক্লোম্নি। 'অ' গিদি হস্ব সক্লোন্ লৈজদে বিলিজ কোন্দমন্তসিংন অহুম্ য়াওহুম লৈজে। থুদম্ ওইন 'ব' খোম্থোক্-সিদ তাউঅদ্র 'অ' য়াওবৈ হায়বদি 'ব্+অ' হায়বনি। অদুনদি ঐখোয়্ন 'চুব' হায়বসিদ কিচুব, লোংচুবগি চুব থঙনবদ করিম্ম কাক্লে, মরমদি চুব= চ+উ+ব+অ /cubə/ হায়্বনি। কমাগুম্ব মমান মতাবু চুম্নগুম্বসি 'চুব' /cub/ হায়্নবদি হায়ন পম্ব য়াওই মহুদি-নত্তে /cub/ হায়গে হায়নবদি 'চুব্' অহুম্ম ওইগনি। অদুগ

'া' হাপ্লব 'চুবা' মসিগদি খোন্‌হাই হোংঙে, আরথসু হোংঙে লোংচুবগীদ মত্রে চুগি চুহী মুম্‌দোকপ্রগ লেমহৌব চুবা খঙনরে। 'চুব'দ খক্তং কাখোক্লব চিযাম্‌গি কিতম্‌ অদু 'চুবা'দ য়াম্ন কাখোক্‌ন হায়রে। মসিদ হান্নগি চৎনবী ২মক্ত আকার য়াওবীসি বনান্‌ পথাপ্ত হেন্ন চয়েৎনহন্ননি হায়বদ লাপ্লোই। মপা চাদন 'া' কা হেন্ন সিজিন্নরবগি ভোংজব করিসু লৈতে হেন্নহুম্‌ চয়েৎমহল্লি।

'া' ম খেন্নব আরথ পুবগী 'ু', 'ূ' তপ্প ১সুং তপ্তবদসু লেম্নব লৈ। মসিসু লাইখোকপ চুমদে। খুদম্‌ ওইন—মহাক চাক চারদন চৎপ্রে' খুংনরিবদি চাক্‌ চাখিদবনি। অমন 'মহাক চাক চারদুন চৎপ্রে'—মসিন চাক্‌ চারগ চৎখিবনি। বাহৈদ থর লূমথন 'চারদ-ম' হায়রগ চাখিব খঙনবগি মওং লৈরবসু ইব মতমদ লায়দবনিন 'ু' 'ূ' নচিংব য়াওব-য়াওদবদগি আরথ খেন্নখিব অসীসু য়েংসিন্ন চুম্মি।

হসন্ত '্' সিজিন্নব

'্' খুদম অসী অনৌরিলিজ কোমিমগি মসক্‌ তাকপনি। অদুবু ঐখোয়্‌ন মসীবু য়াম্ন খওইবিদে, হজিক্তি পুমকাউবু কাউথিরে হায়বফাও য়াই। মসিম মমম্‌ ওইদুন বনান্‌গি মতাংদ অচৌব চয়েৎনব অম ওইরি। খুদমওইন মথক্তি 'চুব' /cubə/ হায়বদুদ 'চুব্‌' /cub/ হায়মন পাব য়াই হায়বগি য়েৎনবদু /cub/ হায়রবদি 'চুব্‌' অন্সুম্ন হেক্‌ ইবিবদ করিন্ন কায়রে। অদুন অনৌরিলিজ খোল্লোক্তি ময়েকসিংদ '্' হসন্ত সিজিন্নবসি তঙাইফদব মথৌ তাই।

মসান ময়েক অহুম্গি অনৱিলিজ কোম নৈজব, খুদম্ ওইন 'ঙ' গি অনৱিলিজ কোম' 'ং', 'ঙ' গিন 'ং' নৈজে। তপ্লব ময়েকসিংগি মরক্তসু অনৱিলিজ ওইজব য়াওই—'তাম্না' মসিদ 'ম্' অনৱিলিজনি। 'কাঙ্গা' মসিদ অহানবগি তপনৱিব 'ক' ৱিলিজ ওই অতুগ অকোম্বগি 'ক' অনৱিলিজনি। অসুম্ন তপ্লব ময়েকসিংদ ক্লস্তর ওইন অমীমক নত্রগ অনীদগি হেম্ব ৱিলিজ শাক্ত ওইবসু য়াওই। অহুম্ তপ্লব ময়েকসিংদ '্' চংব ময়েক্তি যাঙ থংবত্তদনি। ঐখোয়্গি লোন্দ ল, র, অমী তাইনব বাহৈ খোলহাইগি মতুং-ইন্না মসক্ হোংদোক্ হোংজিন তৌনব, ল, ন, ক্রি বেৱিয়েসন ওইব মসীন্না য়েংসিন্দব য়াদে।

## খোঙ্হোক্কি

### সরক থনব মওং

খোঙ্হোক্কি মসক লেম্নদ হায়দোক্লিব মতমগি চাং য়েংদব য়াদে। চাং অসী লেপ্লবব অংচর ফোনিমগি খুদম্ চংতি। অদুবু মসী নত্রবসু হায়দগি চংমরক্তব কোমা, লেমিকোলোন্, ডিয়াস, হাইফেন্, চৈথেনচিংব নৈৱিবসিন্না মতাং চাংন-চাংন সিজিন্নব তাই, নত্রবদি বাহৈপয়েংসিং আরথ লায় চংথিব য়াওই। মসিগি অমায়ব খুদম কয়া ঐখোয়্বন ঐখোয়্গি য়েডিওদ পাখোক্লিব বাওাং কয়াদগি অসোয়্ব কয়া তোয়ন-তোয়ন থেংনৱি। মরম অসীন বাহৈ খোঙ্হোক্তি মপুংফাব আরথ খোকহন্নব সরক থম্বগি খুদম কয়াসিন্না তাইকদন সীজিন্নব তাই।

অরোইবদ বনাম্‌গি মতাং অসিদদি লোমসিমক্তি লৈজরিব অসেংব কোনিম, মখোয়গি খোনখোকপু পূরিব চুমব ময়েকসিং মসক্‌ চুম পুসিন্দুন সিজিন্নব তাই। ঐখোয়গি লোন্দ লৈজদব খোঙ্খোক্তি ময়েক কয়া পুসিন্দুন বনান্দ কোক্‌ তাঙখবসিন্নু চুমদে। তসেংনবক মতাং অমীদি লোন্‌ নৈনব, অথঙ-অহৈ, লিংগুইস্ত কয়ান হেন্ন খোদাং লৌবিন্নুন ফিরেপ্‌ তাবব ঐখোয়গি লোন্‌গি বনান্‌ কাঙ্‌লোম অম নৌহৌন সেমদোকপিবসি থীন্‌মন্নবনি হায়জনিংই।

---

## নেসনেল এডল্ট ইডুকেসন প্রোগ্রাম পাংথোকপদা এডল্ট ইডুকেটরগী থৌদাং



এস পৌরেন্দ্রজিৎ সিংহ
জেল ইন বর-কোবরেন এডল্ট
এডুকেশন এট নোটিংহাম ইউনি
ভর্সিটি এন্দ ইদিনবার্গ ইউনিভর্সিটী
ইউ, কে.।

ঐখোই অয়াম্বনা অশুম্বা খনৈ মহুদি অককনবা মতম অমগী মমুংদা মীপুম থুদিংমক মহৈ মশিং তমহৌগদবনি। মহুগী ফল অদু অহল ওইরকলবা মতমদা হায়বদি যুম কৈ পান্দুনা মচা মশু থাকনবগী লম্বীদা শিজিন্নগদৌবনি। মসিনা তাকপদি লাইরিক লাইশু তম্বগী অককনবা তাক্কক অমা নৈ হায়না লৌবা য়াই। B. A. পাস তৌরবা M. A. পাস তৌরবা, ডাক্তর, ইঞ্জীনীয়ার পাস তৌরগা লাইরিক তম্বা লোইরে হায়না হেক্তা লৌনবগুম তোই। মশি য়াম্না লানথবা য়াকম অমনি। পৃথিবী অসি মৈরবদা লোইবা নাইবা পোৎশক অমা নত্তে। ঐখোইনা থংলিবা বুদ্ধি লৌশিং থম্ন অসিদি সমুদ্রগী ঈশিং মমিক অমগুম্বনী। মীওই-বগী পুনশিনা লৈরিবমথৈ নৈমবদগু মৈনবা লোইবা ওমদবা সংসার

অসিবা শুম লৈহৌরগদোবগি অদুনা মহৈ মশিংহী লম্বেলগা মখিং লৈরবা মী কয়ানা মা মানা পুথোকপিবা খংলিবা পুক্নমক অসি মাগী মাগী লমী অদুদা অহৌবনি হায়বা শিংথারম্মী। মীওইবনা হেক পোকলকপদগীবা শিবা ফাওবদা অমম্ভুরতা লেপ্রবা কাইরদা লৈয়া লোইদনা, থুংবা লোইদবা শিথিগঅৌবনি। মখম্ভু পিনিক অসিদগী এডল্ট ইদ্ভকেসনগী যোদাং অসি ওসিঙী সমাজ অমিদা অশুবী মতিক দরকার লৈ হায়না খংনবকপিবনি।

মীওইববা হেক পোকপদগী মথোলদা য়াম্না দরকার লৈনা হোংনরকপদি মপুং ফাবা মী অমা ওইবা ওননবা (Mature person) মসিনি। অসি মহাক্কী খ্বাইদগী দরকার ওইবা পোৎশক অমনি। অদুবু মসি ওইরকমবা হোংনবদা মহাক্কা হোংনগদবা অদুমদি মী থুদিংমক্না কয়া খংদবগুম তৌই। Mature person হায়বা অসি কদায়দু ফোবগে হায়বগী মতাংদা এডল্ট ইড্‌কেসনগী মরমদা কুপ্না লৈবকবা Harry A overstreet কী যোৎলু মখেক ওইনা লৈমখদা ক্লায়বা ফংগনি থমি। মহাক্না হায় মদুদি Mature person হায়বা অসি করিগুম্বা অকক্নবা থৌশিং অমা অমা ফং-লবা অদুগা অদুগী মতুংদা অমুক হন্না অহৌবা থৌশিং তাক্না তোকপা মীপক অদুবু মত্তে। মহাক অদুদি Maturing person হায়বা মহাক্না কৌবম্মী 'A mature person is not one who has come to a certain level of achievement and stopped there. He is rather a maturing person'.

মহাক্না মোত্তদি Mature person হায়বা অসি কয়িগুম্বা বিষয় অমনী মরমদা য়াম্না য়ুম্না থংবদুতবু নত্তে। বিষয় অহুমগী থংলিবা লৌশিং অহু অমুক লেপহনবা তৌদনা অতোম অতোম হেনকৎনবা হোৎনবা, মহুগা লোইমনা কংলকলিবা লৌশিং অহুবু মকম মতম চানা শিজিন্নবা হোৎনবা মী অহুবু Mature person হায়না মহাক্না শিংথায়। "A mature person, for example, is not one who knows a large number of facts. Rather he is one whose mental habits are such that he grows in knowledge and makes the wise use of it".

ঐনা মথক্তা Mature person গী মরমদা থরদং নৈনব-বগী মরমদি ঐখোই খুদিংমক্না মপুং ফাবা মী হায়বহু ফংলাইবু কৌবগে হায়বগী মতাংদা Mature person গা Maturing person গা অনিগী মরক্তা নৈবিবা খেন্নবা অসি থংবা দরকার ওই হায়বা অসিনি। মরম অসিনা এডল্ট উত্‌কেসনগী বার্কর খুদিংমক্না মীওইবা অমনা মপুং ফাবা মী হায়বদি Mature person অমা ওইনবা হোৎনবদা মহাক্না হান্না নৈনবা ফিভম অহু-দগী মানা ফংগে হায়না তাক্লিবা ফিভমশিং অহুদা নৈবিবা Dime-nsions of maturation অসি য়াম্না য়ুম্না থংবা দরকার ওই। মথান্না উৎখিবা Dimensions of maturation গী process অসিদা মী মীনা মশাগী হায়গী নৈনবা ফিভম (state) অহুমগী মপুং ফাবা ওইগে তাক্লিবা মাইকৈ Direction অহু মচা থায়না উৎলি।

# DIRECTION OF MATURATION

| | |
|---|---|
| ১ \| মীথা পোনবা | নিংতম্বা |
| (dependence) | (autonomy) |
| ২ \| থৌনা বাংপা | থৌনা লৈবা |
| (passivity) | (activity) |
| ৩ \| পূকনিংতগী ওইবা | মপানথোংগী ওইবা |
| (subjectivity) | (objectivity) |
| ৪ \| অপংবা | অশিংবা |
| (ignorance) | (enlightenment) |
| ৫ \| অপীক অপীকপা থবক থৌওংশিং | অচৌবা থবক থৌওংশিং |
| (small abilities) | (large abilities) |
| ৬ \| দায়িত্ব ইটৈ লৈরমদবদগী | দায়িত্ব ময়াম লৈরকপা |
| (Few resposibilities) | (many responsibilities) |
| ৭ \| অপীকপা ইন্টরেষ্ট | অচৌবা ইন্টরেষ্ট |
| (narrow interest) | (broad interest) |
| ৮ \| ইশাগীদা ওইজবা থিবা | অতোপ্পা মীগী কনবা থনবা |
| (selfishness) | (altruism) |
| ৯ \| ইশানা ইশাবু তোম্বনা থনজবা | ইশানা ইশাবু মী অমনি হায়না লৌজবা |
| (self-rejection) | (self acceptance) |

| | |
|---|---|
| ১০। পোতেপকম থংনবা ইশাগী মওং | পোতেপকম থংবা মীওই অমা |
| (amorphous self-identity) | (integrated self-identity) |
| ১১। অককনবা বাথল থরদা লুপ্পা | অককনবশিং অহুবু পুন্নিবা নিংতি নিয়মশিং অদুদা লুপ্পা |
| (focus on particulars | (focus on principles) |
| ১২। কায়দবদা থমবা | অরেপ্পা বাথপদা থবা |
| (superficial concerns) | (deep concerns) |
| ১৩। মতৌ তম্বা | ইশাগী ওইনবা হোৎনবা |
| (imitation) | (originality) |
| ১৪। অককনবা থংনবা হোৎনবদা তাইতনদবা | অককনবা থংনবা হোৎনবদা ইশাবা থংবা তায়বা |
| (need for certainty) | (tolerance for ambiguity) |
| ১৫। মকম মরাং থংদনা-অনিংবদা তৌবা | ভাব ভানা বাথল থম্না তৌবা |
| (impulsiveness, rashness) | (rationality) |

হায়রিবা মথক্কী dimension ১৫ অসি কুপ্পা নৈমনবা মতুংদা এডল্ট ইন্ডিকেটর অদুনা এডল্টশিংগ্ লোইনবা মতমদা মহাক্কী বাথল অদুদা এডল্ট অহুবু করম্বা মওংদা মতেং পাংগদগে হায়বা নিংথিনা থমবা ওয়কনি।

ঙসিগী সমাজ অসি অহোংবতনা পীক থন্নি। নোংমা নোংম-গী complex (চম্থনবা) ওইবা হেনকৎলকই। মরম অদুনা এডল্ট ইড়ুকেটর অসিশু change agent অমা ওইবা ভাবনি। ঙসিগী সমাজদা থোংনন্নিবা সমস্যাশিং হায়বদি wars, deterioration of our cities, crime, illiteracy, unemployment, our population etc. নচিংবা পুন্নমক অসি এডল্ট ইড়ুকেটরশিংনা এডল্ট ইড়ুকেসনগী প্রোগ্রাম মপুং ফানা পাংথোক্ননা সমাস্যাশিং অসি কোকনবা হোৎনবা তায়। পুন্নমক অসি তৌবদা এডল্ট ইড়ুকেসনগী বার্কর অদুদি মীগী মতেং পীবা মী ওইবা তাই, মীওোন্দ' থৌনা পীবা ওবা মী ওইবা তাই, মীশিংদা লৌশিংগী অমদি জ্ঞ নগী মতেং ওইবা তাই— থৌগাবা মী ওইবা য়াদে, নমহুনা তৌহনবা য়াদে, "His part in this process is that of helper, guide, encourager, consultant, and resource—not that of transmitter, disciplinarian, judge and authority, ঐথোইনা থম্লি মহুদি চাওখৎপা হায়বা অসি মৎম্মা পুন্নরকনি। মতম থন্না চংবগী বানি। ঐথোই ভায়বা তায়। মশিংগী বাথল অসিমক জাতি অমা মরু কংবা মাওননবগী মচাক অমনি। অতোপ্পা মী অমা লাক্ননা ঐগী জাতিবু চাওখৎনবা তৌরগদবা নত্তে। হৌজিক হৌজিক পান্নিবা সরকার অমদি হৌজিক হৌজিকী সমাজগী মীওইনা মাগী জাতি অদুবু চাওখৎনবা শিনজগদৌবনি। মহু তৌবদা কনাগী মতেং মীচং ভাইগদৌবা

নত্তে। মতাং অসিনা Prof. M Knavles না হাং শোক ১৯৫০ দা Am«rica গী society দা অতম্বা তাবরম্মী। "The society of our age cannot wait for the next gen-ration to solve its problems Time is running out too fast. Our fate rests with the intelligence, skill, and good will of those who are now the citizen-rulers. The instrument by which their abilities as citizen rulers can be improved is adult education. This is our problem this is our challenge.'' মহাক্কী মত অসিগী মতুং ইরদি এডল্ট ইডুকেটর অমনী থোদাং অসি ওস্থোক্লা চাওরে, church তা, temple দা, court তা, office তা, schools, college, university দা, সমাজদা, street তা, মহাক্না মীয়ামদা অনৌবা মীৎয়েং পুরকনবা থোৎনবা তাবনি।

মথংদা এডল্ট ইডুকেটর অমনা য়াম্না কুপনা নৈনগৎৌবা বাকমদি বেসমেল এডল্ট ইডুকেসন প্রোগ্রামগী social aware ness component অসি কুপ্পা থংবা তাবনি। মসি মুন্না থং-ঙবদি পায়খৎকদৌবা থবক থোঙং থুদিংদা চরক চহিং নায়বা বাথুল পোইদনা লাক্লনি। Social awareness হায়রগা সমাজ অমনা থেংনরিবা বাকম অমা চুমতা থংই হায়বনা ওইবা য়াদে। সমস্যা অমা থংবা হায়বা অসি থাক মরিদা মরিক চুম্না মুন্না থংবা তাবনি:— থুদম ওইনা হায়রবদা হরিজনশিংনা সমাজদা

থেংনরিবা সমস্যাশিং অসি মীপুম খুদিংমক্কী শেংনা থংই হায়বা রাই। মখোয়গা চামিন থকমিন্নবা কনানা পামনদে, হঙ্গোইনৈ, চারৌ মৌরৌনদে, করি অমুক হায়রক্লনি কনাগুম্বা হরিজন অমনা হিন্দু অমগী পুক্নিং মপান্দা লেপ্লবদা মহাক্কী মমী অদুনা ঐশিংদা তাপ্লবদি পুক্নিং অদুদা লৈবা ঐশিং অদু কনানা চানদে, থকনদে, অমুক শিন্তোকই। মসি ভারত মচা খুদিংমক্কা থংই। মখোইগী মী অমনি, নাগরিক অমা ওইবগী অধিকার চপ চানা ফংইবনি হায়দুনা সংবোধানা তত্তনা লাওরি। আইদা মখোয়বু তত্তনা চাকলি। অদুবু মখোইনা থেংনরিবা অবাবশিং অসি থংবনা complete awareness ওইবা রাদে। মসিদি থংবগী অহানবা থাকনি।

কবন্না মখোইগী অবাবশিং অসি কোকহনগদগে হায়না "How to attack the problem" থনবা হৌরকপবা, লোইননা উপাইশিং অদু পুথোরকপবদি সমস্যা অদু থংবগী অনিশুবা থাকনি।

অদুবু উপাই পুথোকপদনা সমস্যা অদু থুংবা লোইজ্রি। ঐনা কদায় ফাওবা উপাই অদু শিজিন্নবদা শেম শারবগে হায়বা অসিনি। খুদম ওইনা হায়রবদা হরিজন অসিন্থ মীনি। মখোইদা মী অমা ওইবগী অপাম্বা, মুংশিবা, বাথল খুদিংমক লৈ। অদু ওইরবদী ঐনা হরিজন মুপি অমা ঐগী মুপী ওইনা লৌবা ওমলবরা হায়বা বাহং অসি হংবদা ঐনা য়াংনিংলবা অদুগা মখোই-গা চামিন থকমিন্নবদা করিগুম্বা চঙ্গোয়বা অমত্তা লৈতরবা মখোইবু

মী অমনি হায়না লৌবা ওথনবা মতমদা—হরিজনগী সমস্যা অসি থাংবগী অহুমশুবা থাকনি। "To what extent am I determined to display the means to solve the problem" (sense of commitment.)

মরিশুবদা ঐবা খল্লুবিবা থাকম পুন্নমক অচুম্বা থবক ওইনা পাংথোকপবা "to comply in action" মতম অদুগা NAEP গী component social awareness অসি অংলে হায়বা যাই। এডল্ট ইন্ডুকেটর অমা ওইবা তারবদি social awareness component অসি মুখ্য থংবা তাবনি। অকাওবা ভারতকী নুপিশিংগী মনুংদা অসোইবা এডল্ট ইন্ডুকেটর ওইথিবা অসি মহাত্মা গান্ধিনমি অমনি। মহাক্কি এডল্ট ইন্ডুকেসনগী social awareness কী component অসি মুখ্য থংখি। অতোপপবা অমুক্কি হায়না লৌননবা হরিজনবু সমাজ মরক্তা মথোইগী নৌনি হায়না খুং শনচুনা সমাজ চংমিনখিবা, চামিন্নখিবা থীশক অমনি। অখোইবা লাইনা Leprosy না শাগবা মীবু কপিত তুকচবা হঙোইবা নৈতনা মহাক্না সেবা তৌখি।

এডল্ট ইডুটর অমনা এডল্ট লোইননবা মতমদা এডল্ট অমনা শাগ্গা ময়ং অদু থংবা চংপা তাই। এডল্ট অয়াম্বনা মশানা মশাবু মপুং ফাবরবনি মপুং ফাবা মী অমনি হায়না লৌই। মসমাদি মখোইদা মথন মথা কয়াগী experience অসি লেংনবক্লে। অতাং অমদদি experience অসি মশান থোংগী পোৎনি, মহুংগী ওইবা

পোৎ নত্তে। ঐখোইনা অঙাং অমদা মহাক কনানো হায়রুনা হংবা মতমদা মহাক্না ইচম চম্না মমা মপা অহুপী মচানি, লৈকাই অহুদা লৈবনি, স্কুল অহুদা লাইরিক তম্বনি হায়না ইচম চম্না খুমলকমি। অহুবু এজেন্ট অমদা মহাক কনানো হায়রুনা হংলবদি মহাকী experience অহু ওইনা খুমলকনি। মহাক করি থবক তৌরি, কদাইদা থবক তৌরি, করি Qualification ফংলবগে হায়বনচিংবা খুমলকনি। অহুনা এজেন্ট অমনা মাপী experience অহু হেক থোওইবীদবা থৌশাবীদবা উবদা মহাক মপ্পাই হুংঙাইরোই। মহাক মশাবু মীনা ইকাই খুম্নবীদ্রে হায়না লৌগনি।

ঐনা মখক্তা খম্না নৈনর্জন্নিবা অসি এজেন্ট ইন্স্পেক্টর অমা ওইবদা রাখলদা, পুকনিংদা, থবক থৌওংদা মতেং থবদং ওইগদবা হায়না খন্দুনা নৈনজবনি।

---

# মনিপুরগী বিশ্ববিদ্যালয়

—হরাইবম রনবীর সিংহ
এক্টিং ভাইস চান্সেলর
মনিপুর য়ুনিভর্সিটি।

মনিপুরগী মীয়াম্না ঐখোইগী ওইবা বিশ্ববিদ্যালয় অমা মতম কুইনা খোৱাংনা ভাইনরকপা অদু ও'সদি থুংলয়ে। মসি লিংখৎ-নবা হোৎনবদা মাইকৈ কয়াদগী থেংনবা অপনবা য়েংখাইবা, থিন-গাইবা, থুগাইবা, পুম্নমক পল্লুবগী কান্নবা লৈতে। অদুবু হৌজিক কাওবা অপনবা, থুগাইবা কয়া লৈরি; লোইত্রি। য়ুনিভর্সিটী গ্রান্টস্ কমিশনগা তৌনরিবা আইনগী কাংলোন অসি উবদগী রাজ অতৈদু মতৌ ভমিংবগী পাউ ফংই।

য়ুনিভর্সিটি অসিগী ভাইস চান্সেলরগী থবক পাংথোক্লবা মী অমদি হাপ্লে। অদুবু সিণ্ডিকেট, একাডেমিক্ কাউন্সিল্ নচি'বা বোর্ড্সিং শেমজিনবা, বিশ্ববিদ্যালয় (ভাইবং-মহৈ-কোল্) অসি হককচাংগী কায়াং শুদ্রিব অতাংগুম্না লৈরি। মরম অদুনা মরু মরু ওইবা ফিরেপ লৌকম থোকপা মতাং লাকপদা অপনবা ওইদুনা লৈরি। ফেক্লটি বোর্ড্শিং (বোর্ড্স্ অফ্ স্কুল্স্) শেমগী বাহৌ-চে (প্রস্তাব) সরকারগী থুত্তা লৈয়ে। বোর্ড্শিং অসি য়াও-দনা লোইথোকপা য়াদবা পরীক্ষানচিংবগী থবক লৈ। পুম্নমক অসি লৈতখদগী, ময়াম চঙদুনা অচৌবা মহৈ-কোল অসি শেমগৎমিন্ন-

গদৌবদা, চঙবা য়াদহুনা লৈরে। পুম্নমক অসি খা খরগী মপুংদা মথং মথং খোঙকুপগনি হায়নদি নীংই। মতমনা লৈভবনা, খরক খরা খুৎলৈ থুবগী মথৌ তাই।

মনিপুর য়ুনিভর্সিটী এক্ট ১৯৮০ অসিগী মরমদা অক-কত্ত লৈরবা উই। অহুবু মুন্না য়েংলবদি খংবিগনি, এক্ট অসি য়াম্না flexible ওইবা (হায়বদি দরকার মতুং ইন্না এক্ট অসিগী মপুংদা অহুম শেমদোক (শেমজিন তৌবা য়াবা) আইন অমনি। হান্না খংন খেংনরুবা বিশ্ববিদ্যালয় অমগী মওংদা মায়দবা উরগা মসি লাম্নে নত্রগা ককে হায়হুনা হেক্তা খনবা অচুম্বা ওইরোই। অনৌবা মওং অসিগী মপুংগী ওইবা তাইনেমিক্ল অহু খংননবা খরা হোৎনবগী কারবা লৈ। সেন্ট্রেল্ য়ুনিভর্সিটী, ষ্টেট্ য়ুনিভর্সিটী হায়বা বিশ্ব-বিদ্যালয় কাং অনি লৈতে। লিংখৎলিবা সরকার অহুগী খেন্নবগী মতুং ইন্না মতোন্দা খজিভং খেন্নবগী বানি। য়ুনিভর্সিটী গ্রান্টস্ কমিশন্না বিশ্ববিদ্যালয়শিংগী মওংগী মরমদা লৈননবা শেম্বা কমিটি-শিংগী রিপোর্টতা তাইবং-মহৈ-কোল কাং অনিগী লৈনবা লৈতে। খেন্নরিবদি হান্নগী মওংগী ওইবা (ট্রেডিশনেল্), অনৌবা মওংগী ওইবা—অনি অসিভনি। য়ুনিভর্সিটি শিক্ষাগী অনৌবা ট্রেণ্ড্স্ (য়া-ওল) লাকইবা অহুগী মতুং ইন্না বিশ্ববিদ্যায়লগী স্ট্রক্চরসু খরা ওনবা তাই। য়ুঃ গ্রাঃ কমিশন্গী কমিটিশিংমা মরু মরু ওইবা বাফমদা পীবা পাউতাকশিংগা জবহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি এক্টকা য়াম্না চানৈ। মনিপুরুগী বিশ্ববিদ্যায়লদা লৈরগদৌরিবা

ফীবম ময়াম অদুস্তু খল্লগা, মসিগী মওং অসি ফৈ হায়দুনা নমুনা অসি লৌবনি। অদুগীসু মথক্তা আইন অসিনা "ফ্লেক্সিবল" য়াম্না ওইবনিনা, ঐখোইগী ভাইবং-মহৈ-কোল অসে ঐখোইগা চুনবা মওংদা অদুম চাওখৎচরক্কবগী লম্বী আইন অসিদা পীতুনা লৈ।

য়ুনিভর্সিটি "ওটোনোমি" (হায়বদি বিশ্ববিদ্যালয়গী খবক্তা সরকারনা খুৎ থিংজিন্দবা) হায়বসি ভাইবং মহৈকোল অমা শীন্নবদা অমসুং শেমগৎপদ চঙ্বা য়াম্না মরু ওইবা ফীবম অমনি। মসিগী ফীবম অসি পীন্নবদি ভাইবংমহৈকোল অদো শোয়দনা অকায়বা মওংদা লাক্কনি। রাজ্য অসি সরকার পুরিবশিং অমদি বিধান সভাগী সদস্যাশিংনা য়াম্না মুন্না খনবিগনি নীংই। মরম অসিদগীনি ভারতকী য়ুনিভর্সিটি এক্ট থুদিংমক্তা ভাইস চান্সেলর সিণ্ডিকেট (ইকজিক্যুটিভ্ কাউন্সিল), একাডেমিক কাউন্সিল অসি-নচিংবগী টার্মদা অককনবা চহি মশীং পীতুনা মেন্ডেটরী প্রোভিজন (the term shall be .......... years) হায়তুনা থমলিবা অসে মনিপুর য়ুনিভর্সিটি এক্ট অসিতদা "may be" হায়দুনা থমলিবসি অকায়বা লৈ।

মনিপুর য়ুনিভর্সিটি এক্ট ১৯৮০গী ধারা ৪ শুবা অমসুং অহানবা ছেড্যুলদা বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী পান্দমশিং পীতুনা লৈরে। পান্দমশিং অসি য়াম্না মুন্না খন্নবিবা কায়গনি।

আইনগী থোওদদি বিশ্ববিদ্যালয় অসি লেংক্লে। বিশ্ববিদ্যালয় অসি মীওই শুববা শেমগৎপগী অমসুং চাওখৎহনবগী অচৌবা

খবক থাংলি। মশিগী মরমদা কুপনা থিজিন হুমজিন্দুনা থাখন বিচার তৌহনা লৈরক্লিবা মী ঐখোয়গী মরক্তা অহুম মতিক চাবা মম্বাওরমগনি। লমগী শন্না মচী শাংই হায়হনা মপান্দগী মীওই থিরুবগী কান্নবা লৈতে। সরকার লৈবা মকমদা মপানগী মীওই য়াওহনগদবনি। ওইননবা হোংনবদা কয়া থাবক্লে। দিল্লীনা যেৎপদি অরাইবনি। ঐখোয়গী সরকারগী ফম্বাই কনাইবনা ঐখোয়গী মিংদা থুগাইরকপা অহুনি য়াম্না খেংনবদা থাখিবা অসে। হৌজিক উচিন্নাচিন্না ওইরে। হৌজিক শেমগৎপগী অরুবা মতাং অ'সন', থাজবনা লাইনি হ'মহনা, মপানগী মীওইনা য়ুম্বু ওইবিরনবা থিরবদি তুংগী মীরোন্না নিন্দা তৌনহৌগনি।

---

# অন্তর্জাতিগী লাইরিক ময়েক

## চংহনবা নুমিৎ

## International Literacy Day

মীয়ামগী য়েকনবা লেশকী য়েকনবা
লাইরিক হৈতবনি ময়েক চত্তবনি
রাষ্ট্র সংঘগী অচেৎপা বায়েপ
পৃথী পুম্বগী অকনবা বাশক
নিংশিংসি [illegible]
অন্তর্জাতিগী ময়েক চংহনবা নুমিৎ

লাইরিক হৈত্রবা ময়েক চত্রবা
লৈবা তারে মীথা পোন্নে
জাতি পুম্বগী মীওইবগী অধিকার
ময়েক চংহনবনি লাইরিক হৈহনবনি

মীংতমবা রত্তাত্তা লাইরিক হৈহৌজবা
নুপা-নুপী অচৌং অহল
অপঙবা কোকহনসি লাইরিক হৈহনশি
মীওং মীনৈদগী মানথোকনবা হোংনরসি
চাকথুং কীথুং মাপ্পনা হিংমিননবা থুম্নাই শেম্মলসি।

The Manipur Litercy Council

# শিক্ষা পথাপ শেমদোকপা

—সোটিনকুমার

হৌজিক্কী ওইরিবা মণিপুরগী শিক্ষা পথাপসি চয়াংনবনা পীক থরে। হায়বদি শিক্ষাগা মরি লৈনবা লমশিংদা শাথিরবা ক্রাইসিস কয়া থোকলে। মসিগী খ্বাইদগী তেংবা শাথিরবা ফলদি লাইরিক লাইবু কৈরবা মহারোল লাক্ষ কয়া! অমা থবক কংদবদগী নিংবা কাইবা, শাওনিংবা অমদি পুন্সিদা ফিরেপফম থংদব কয়া থোকহল্লে। অদুবা! পম্থুং য়াওদবা শিক্ষা পথাপ অসিনা ছাত্রশিংদা কান্নবা করিমত্তা কংজনবা ঙমজে অমদি অসিগী মহৈ ওইনা লাইরিক তমফমশংশিংদা মহৈমশিং তম্বগী বাথল লৈনজে। পেন্দবা কয়াসিগী হৌরকফমদি লৈবাকসিনা শেল্লাও প্রাইবগী নিতিগী লম্বীদা চংশিনবনা ঐথোয়গী রাজনীতি, শেলথুম অমদি সমাজসিগী ওইবা পুন্সিদা থুদোংচাদবা কয়া থোরকপদগীনি। ছাত্রশিংনা মথোয়না তারিব দশা অসি কোকননবগী সমস্যা কয়া লানথেংনরি। তশেংবমক হৌজিক হৌরকলিবা ইহৌ কয়া অসি মতমসিগা চাম্নিজবা শিক্ষ পথাপ, পুন্সিগী ভেলু লৈশিনজবা, শেলথুমগী কীতম লোইনবা হিংবগা মরি লৈনবা লম কয়াদা ফংচিনবা যুক্তি বশিংসিগী য়াইয়োকনি। ছাত্র-নহারোলশিংসিনা মথোয়গী পম্থুংগী মরমদা তশেং তশেংবা কয়া লৈত্রবস হৌজিক্কী ওইরিবা সিষ্টেমশিংসিবু হোংদোকনিংলে হায়বসিমদি তশেংমমক থংলে। অমরোমদদস কুলি কুরিগুস। মতমদা

মহারোলশিংগী ইহৌসিবু শেন্নাম্নবা লমজিংখিদবা নত্তে। মচুগী ফল ওইনা ষ্টেটকী প্রোপর্টি ক্যা মাংতাকপা, পরিক্ষাদা পাক্কননা শিনম্নবা ওজাশিংবু কু-চৈবা অমদি ইকাইবা পীবা লোইনন লৈবাকী ওইনা মাংতাকনিংঙাইগী ওইবা থবক ক্যা চৎথরকই। অসিগুম্বা চাশিন্নদবা ইহৌশিং অসিনা মহারোলশিংগী নিংবা থুংদবশিং অদু কোক-দবদি নত্তে। মরকসিদা রিত্রক্সনরি কোর্সশিংনস্থ ছাত্রশিংবু শেন্নাম্নবা লমজিংনবা চোংনরি। হায়বদি মথোয়গী পন্থং য়েনব-গীদমক্তা ছাত্রশিংগী মরক্তা তোঙান তোঙান তানিংবগী বাথল পোকহল্লে অমদি মসিমক্তা মরম ওইদুনা অনৌবা সিষ্টেম অম পুরক্নবগীদমক্তা চংশিল্লিবা লাঞ্জং অসি থিল্লহল্লে।

মরমসিনা শিক্ষা পথাপ শোইবদগী ওইরকপা সমস্যা কয়াসি কোকহনবা তারবদি ঐখোয়না শিক্ষা পথাপকী অশোইবা কয়া-সিগী হৌরককম অমদি মথোয়সিবু কোকহননবা লাইথেশিং থিবা তাবনি। অদুগা ষ্টেটসিগী ছাত্রশিংবা শিক্ষা পথাপকী অশোয়বা কয়াসিগী মরিকচুম্বা পাওথুম পীবা ওয়বা হোংনগদবান লোইনবা ষ্টেট সরকারদা অমদি মরিলৈনবা লোইশংশিংদা মথোয়গী দাবী-শিংসি থুনা পীননবা তকশিনগদবনি।

ইংশোক ১৯৬৮ দা ভারত সংবিধাননা পাস তৌরবা লৈবাক-সিগী ইডুকেশনেল পোলিসিদা ইরিবদি—ইডুকেশন কমিশননা রিকোমেন্দ তৌরকপগী মতুংইন্না নেশনেল ইন্টিগ্রেশন পুরকনবা অমদি মাগবা থুম্লাই অমা শাগৎনবগীদমক্তা শিক্ষা পথাপতা অহোং-

বা অমা পুরকপসি ভারত সরকারনা য়াম্না তঙাইফদ্রবনি হায়না লৌরে। মসিগীদমক্তা হৌজিক্কী ওইরিবা শিক্ষা পথাপ অসি হোংদোক্কনা। শিক্ষা অসি মীওইবগী পুন্সিগা নকশিন্নবা মরি থম্নবা, মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা অসি মীয়াম পাকপন্না কংহনবা তাংকক খুদিংমক্তা শিক্ষাগী মগুন অসি লৈহননবা অহুগা বিজ্ঞান অমদি টেক্ননোলোজি চাওখৎনবা লোইনবা লমচৎ শেমগৎপদা অচৌবা শরুক য়াননবা হংনগদবনি। শম্না হায়রবদা অনৌবা পথাপ অসিনা সমাজ সেবাদা অমদি লৈবাক্কী চাওখৎনবদা মপুঙ্ফা কংখোকপা ওম্বা নহারোল মশিং লাকহনদনা পুখোরকনবা হোংনগদবনি। মচুতদা লৈবাক্কী চাওখৎ খোংথাংদা, নেশনেল ইন্টিগ্রেশন পুরকপদা কলচর য়োকখৎপদা অমদি মাম্নবা খুন্নাই অমা শেমগৎপদা শিক্ষানা অচৌবা থৌদাং লৌগনি। অহুবু লাইবক থিবদি চহী তরাবিখোইগী মমাংদা পাস তৌরবা ইন্ডুকেশনেল পোলিসি অসিগী পনথুং য়েৌনবা থৌদাং পাইখৎপা তৌরি। অম্বুবা হায়নবা নাইট্রবস্থ বৃটিশ সম্রাজ্যাবাদিনা মখোয়গী লৈবাক চাকলোনগা চাশিন্ননবা শেমলম্বা শিক্ষা পথাপ্তু হোংদোক্তবদগী হৌজিক্কী শিক্ষা পথাপসিগা মীওইবগী পুন্সি, অপাম্বা অমদি দরকার ওইবশিংহুগা লাপ্পনা লৈরি। মরমসিদগী লৈবাক্কী ওইনা লাওখোকপ্রবা পান্দমশিং হায়বদি সোসিয়েলিজম, সেকিউলারিজম অমদি দেমোক্রেসি লোমদা চংশিনবগী মহুত্তা শেল্লাও পাইবা অমদি কিউচুয়েল কোর্সশিংবু য়োকখৎলি। অহুগা টেক্সবুকশিংদা য়াওরিবা পরাশিংস্থ

ছাত্রশিংদা দেমোক্রেটীক অমদি সাইন্টিফিক ওইবা মীয়েং পীবগী মচ্চু লৈবাকসিগী শেলথুম অমদি সমাজগী চাওখৎ থোংথাংদা ওঐতেনবা শকুম পীননবা হোংলৈ। হৌজিক্কী চৎথরিবা শিক্ষা পথাপসি পরিক্ষাবুনা হেন্না লুনা থমব, মীয়ামগী পুন্সিদগী থাপ্- তেকপা অমদি পাজলনা থবক শুববু হুন্থনা থমবা পোকহল্লে। মরমসিনা মমাংগী অমদি হৌজিক্কী সরকারসিনা রাজাও কয়া ঙাংহুনন্নু অমম্নং মিৎয়েং চিংশিল্লিঙংই ওইবা পম্মুং কয়া উত্তুনম্নু তোঙান তোঙানবা থাক্কা শিক্ষা পথাপ শের্মলবশিংগী মরক্তা মেনতাদবা অংদি মথৌ মশক খংবা বাৎপসি মীয়াম্না অহুমক উনরে। মরম অসিনা তমগদৌরিবা টেক্সবুকশিংদা ছাত্রশিংবু দেমোক্রেসি, সেকিউলারিজম, সোসিয়েলিজম, নেশনেল ইন্টিগ্রসন, এন্টি- ইম্পেরিয়েলিজম, পেট্রিয়োটিজমনচিংবগী খিদমমকম ওইবা বাখল চেল্লহনবা ওবা হিরম কয়ামুক হাপচিন্দুনা নৌহৌনন। শেমদোক- পগী তঙাইফদবা লৈয়ে। মথাগী ক্লাসতগী হৌরহুনা অরাংবা থাক কাওবদা নহারোলশিংদা জাৎ তোনবা তোল্লবগী কাংলুপ মশেল মরক্তা য়েংথিনবা, লমগী মতুংইন্না ফুরুপ থাইদোকপা অমদি অন্ধবিশ্বাসকী বাখল, ধর্ম কর্মদা হেজিন্না থবাই লুপশিন- বনচিংবা তোদনবা কুপ্না য়েংশিনগদবনি। অহুগা করিগুম্বা তরি- রিবা লাইরিক্কী শরুক থয়দা দেমোক্রেটীক ওইদবা পয়া থেংনরবদি মন্থু খুদক্তা লোথোক্নবা তৌগদবনি। অমদি টেক্সবুকশিংসি য়াবিমথৈ হৌজিক্কী মতমগা চাশিননবা ওইগদবনি, হায়বদি খুৎশা হৈবগী

পোংথোক অমদি লৌউশিংউমগী পান্নাশিং য়াওহনগদবনি। শগ্না হায়রবদা বিজ্ঞান অমদি টেকনিকেলগী লমদা হেন্না মিংথেং চিংশিনগদবনি। বার্ক এক্সপেরিয়েন্সসি করিকুলমগী তঙাইফদ্রবা শরুক অমা ওইহনগদবনি। শিক্ষাগী থাক খুদিংমক্তা ছাত্রশিংদ সোসিয়েল সার্ভিস অমদি নেশনেল সার্ভিস স্কীমদা শরুক য়াহগদবনি। অমুগা ১০+২+৩ চংনবা তৌরবা স্টেটশিংদা ভোকেশনেল এডুকেশন মাইপাকনবা থৌরাং লৌখৎকদবনি। অনৌবা শিক্ষা পথাপ্‌সিগা চাশিননবা স্কুলশিং লিংখৎকদবনি অমুগা ওঝাশিংসু অনৌবা পথাপসিদা শুৎলোইনবা ট্রেনিং পীগদবনি।

শিক্ষাগী মিংথেংসি থর পাকথোক চাওথোকনবা অমদি মথক্তা পনগ্রবা বাথলশিংসি নহাযোলশিংদা চেলহন্নবগীদমক্তা মথাগী থৌরাং কয়াসি পাইখৎকদবনি—(১) কেন্দ্র সরকারনা কনষ্টিটিউশন্দা য়াওগ্রবা বারেপ হায়বদি চহী ১৪ ফাওবা লেন্না মহৈ তম্বীবা হায়বদু থরক ওইনা লৌখৎনবা হোৎনগদবনি। মসিগীদমক্তা মতিক চাবা শেলফম কাইথোকদবনি। অমুগা ছাত্রশিংনা থর তম্নগা ভোকখিদনবা হোৎনগদবনি। টেক্সবুক, ইন্স্ট্রুমেন্ট অমদি অতৈ চয়া দরকার ওইবা ছাত্রশিংদা ফংহনগদবনি। লোইননা প্রাইমারী স্কুলশিংগী ফিতম কত্রিবসি ফগৎহন্নবা হোৎনগদবনি। (২) সেকেন্দরী থাক ফাওবা শিক্ষা অসি লেন্না ফংহনগদবনি; অমুগা মথক্তা পনগ্রবা খুদোংচাবশিং অমু সেকেন্দরী থাকী ছাত্রশিংদসু পীগদবনি। ছাত্রশিংবু মশামউ করা থম্নবগীদমক্তা মরক মরক্তা

মেদিকেল চেক-অপ তৌবগী থুদোংচাবা কংহনগদবনি। (৩) লৈবাকসিদা লৈরিবা পব্লিক স্কুলশিং মুথৎকদবনি। লোইননা ছাত্র থুদিংমক্তা মাহ্নবা শিক্ষা পীননবা শিনগদবনি। (৪) মথাগী থাক্তগীনা মথকী ক্লাস ফাওবা শিক্ষা কংবদা শেল চংদনবা শিন-গদবনি। লাইব্রিক কবা অমদি সমাজদা তোম্বনা লৈবা কাংবুগী মচামচাশিংদা শেলগী মতেংগী মশিংসি হেগৎকনগদবনি। ট্রেক্স-বুক অমদি দরকার ওইবা চে, কলম, মুকমচাংবা হোংবা কংহ-নগদবনি। হোস্টেলদা লৈনিংবা ছাত্রশিংগীদমক্তা লৈকম পীননবা হোৎনগদবনি। (৫) পোলিটিকেল পার্টিশিং, ছাত্র-নহারোল অমদি মাস ওর্গেনাইজেশনশিংনা ইং শোক ১৯৭৮ গী ওক্টোবর তাং ২ দা চৌদোকখিবা নেশনেল এডল্ট ইডুকেশন প্রোগ্রামদা মপুংফানা শরুক য়াহনগদবনি।

শিক্ষাগা থবক্তা মরি লৈনহনবা :— লৈবাক অসিদা মহৈমশিং হৈরবা থবক কংদবা নহারোলগী মশিং অসি অওকবা ফংবা হেন-গৎলকলি। মসিমকনস্থ হৌজিক চৎনরিবা শিক্ষা পথাপশি অচৌবা অহোবা অমা লৈবে হায়বদি মমল য়াওরবা তিগ্রি পীবা মতুনা অতৈ লমদ'দ কান্নবা পীব কবিস্থ ওমত্রে হাব্বা মশানা তাকচরে। মরমসিনা শিক্ষাগী পথাপ নৌহোনবা শেমদোক্নবা মীপুম তিংবা থবক পীবা ওমত্রবস্থ হৌজিকী ওইরিবা থবক কংনদবগী সমস্যা অসি থত মবৈদি কোকহনবা ওমতুনা লৈব কী, শেলথুমগী লমদা চাওথৎপা পুরকনবা শিনবসি তপথবা য়াত্রবা অমবি।

পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপা :— হৌজিক চৎথনরিবা পরিক্ষাগী নিয়ম হায়বদি চহৌগী ওইনা নত্রগা করিগুম্বা কোর্স অমা লোইরগা পরিক্ষা লৌবসি য়াম্না চুমদবা অমনি। ইউনিভর্সিটি গ্রান্ট কমিশননা ইংশোক ১৯৭৩ দা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপগী মতাংদা ফোংখিবা অহুম্দা ঐখোয়গী চৎনরিবা পথাপসিগী মতাংদা মখাগী মতশিং অসি পীখি :—

১। পরিক্ষা হায়বসি মহৈ তম্বগী লম্বীদা খ্বাইদগী হেন্না অরুম্বা শরুক অমা ওইরকলে হায়বদি পরিক্ষা পাস তৌবনা তমলিবা মহৈ অহু হৈনবা হোৎনবদগী হেন্না লুনা লৌনরে। (২) ইক্সটর্নেল এক্সামিনেশন হায়বদি বোর্দ, ইউনিভর্সিটিশুমনা লৌবা পরিক্ষা-দদি কোইশন মেচর হোংনবা অমদি য়াম্না জেনরেল ওইবা কোইশন হংগনবসিনা ছাত্রশিংনা হংলকপা মাই হায়না খনবশিংহুত্তমক চিনকা পুনৈ। (৩) চে য়েংবসি য়েংলিবা ওজাহুগী মুদ (booM) কী মখা পোনবনা পরিক্ষাদা কংলিবা মার্ক অহুমা ছাত্রহুগী হৈশিংবা চুম্না ওনবা ওমত্রে। (৪) পরিক্ষা হোলদা শিননবা অমদি অতৈ নত্তবা পাবৈ করা শিজিন্নবসি তোইরকপনা দিউটি তাগিব ওজা-শিং কাওবা খুদোংথিবা কিত্তম য়োরকলে। (৫) ইক্সটর্নেল এক্সা-মিনেশনমা অবাংবা থাকী শিক্ষাদা খুদোংচাদবা করা থোকহল্লিবসি কোকহনবগীদমক্তা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপগা লোইননা মহৈ তম্বীবগী মতাংদসু অহোংবা পুরকপা দরকার ওইরে। মরমসিনা পরিক্ষাগী নিয়ম সেমদোকপগী মতাংদা থোইদোক্লা শাংথনিংঙাই

ওইরে। সরকারনা শেমখিবা কমিটি অমদি কমিসনশিংনা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপা য়াম্না ভঙাইকত্রে হায়রম্বনি। কোঠারি কমিশনগী মত মতুং ইমা "পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপগী ভঙাই-ফদবসি ময়াম্না খংনরবনি, অদুবু মরম অমা নত্রগা অমদগী হেন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা নিয়ম অমা শেমদোকনবা থবক পাইখত্রি। মসি থুনা পাইখৎনবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না খংগদবদি লৈবাকসিগী ওইনা অপুনবা নিয়ম অমা পুশিল্লকপা য়াবোই। লৈবাকসিগী তোঙান-তোঙানবা মফমদা চাংয়ে'লবা মতুংদা পরিক্ষাগী নিয়ম কয়াদুগী মগুংদা করম্ব করম্বনা হেন্না চাশিল্লবগে অমদি ফবগে হায়বদু লেপকদবনি। লোইননা পরিক্ষাগী নিয়ম শেমদোকপদা হৌজিকী ওইরিবা লৈবাকসিগী শেলথুমগী অমদি সমাজগী ফীভম শিংবু খল্লদনা য়াওগদবনি।"

মথক্তা পনখ্রবা পান্দমশিং অসি কংনবগী মমক্তা মথাগী লোই-ন্টশিং অসি ময়াম্বগী মমাংদা লানখোকচরি— (১) হৌজিক চৎনরিবা চহীগী অয়োইবদা পরিক্ষা লৌবসিগী মহুত্তা কোস'ত্তু চৎথরিবৈদা তোইনা-তোইনা তোঙান তোঙানবা পরিক্ষা লৌবা; অদুগা ওজানা ক্লাসতা লৌবা পরিক্ষাগী ফল অমদি চহীগী পরিক্ষাগী ফল সার্টিফিকেটতা তোঙাননা রেকোর্দ তৌদুনা চাপ্পা; (২) পরিক্ষাগা লাইথিক তম্বীখগী মরক্তা নকনবা মরি থম্বা; পরিক্ষাগী নিয়ম হোংদোকে হায়রবদি তম্বীবগী মওংদু হেন্না ফগৎহনবা তাই। অদুগা চহী অমগী মনুংদা য়ামল্লবদা সুমিৎ ১৮০ নি দি

লাইব্রিক তম্বীনবা শিনগদবনি। ছাত্রগী মশিংনা ওজাগী মশিংদগী য়াম্না হেল্লিবসি ওজাগী মশিং হেনগৎহন্দুনা কোকননবা শিনগদবনি। ওজা লাক্তবনা নত্রগা পরিক্ষা তৌবমা মরম ওইদুনা অতৈ ক্লাস ছুটি থাদোকপা তৌরোইদবনি। জেনরেল লেকচরগী মশিং কম্থহন্দুনা সেমিনার, টিউটোরিয়েল অমদি কো-করিকুলার প্রোগ্রামদা ছাত্রশিংবু হেন্না শরুক য়াহনবা শিনগদবনি। সেলেবসতা করি করি তমগদগে হায়বদু মরেক শেংনা উৎকদবনি। অদুগা সিলেব-সকী মতুং ইন্না কোর্স্তু লোইবদা চয়োলদা পুং কয়া তম্বীগদগে হায়বদু পনগদবনি। (৩) সিমেষ্টর সিষ্টেমসি চাম্না মফমশিংদা চৎথনবা শিনগদবনি। (৪) ছাত্রশিংবু পাওজাক পীননবা অমদি লমজিংনবা তোঙান-তোঙানবা কমিটি শেমগদবনি। (৫) ইংলিশ কোইশনগী চাদা ৮০ দি অন্দরগ্রেজুয়েট লেভেল ফাওবা ওবজেক্টীভ অমদি অতেনবা পাওথুমগী ওইগদবনি। (৬) ওজাশিংনা তোঙান তোঙানবা বিষয়শিংদা পীরকপা মার্কশিং অদু চাংদমনবা য়ানবা ময়ামগী ওইনা চৎনবা স্কেল অমদা ওন্থোকদবদি। (৭) গ্রেদ সিষ্টেমনা হৌজিক্কী ওইরিবা মশিংদা ওইনা মার্ক পীরিবসি শিন্দোকদ-বনি। (৮) বিষয় খুদিংমক্কী অমদি পরিক্ষা খুদিংমক্কী কোইশন বেঙ্ক শেমগদবনি। (৯) পরিক্ষা ফল হায়দোকপদা থিন্থদনবা হেৎনগদবনি।

তম্বীবগী নমুনা:— শিক্কাগী থাক খুদিংমক্কা ইমালোন্দা (মনিপুরী লোন) মহৈ তম্বীগদবনি। মসি তৌবদা থেংনারিবা সমস্যা-দি ভারতকী তোঙান-তোঙানবা লোন্দা ইথোকপা টেক্সবুক লৈতবা

অসিনি। মরমসিনা থাক খুদিংমচা ভোঙান তোঙানবা লেন্দা টেক্সবুক ইনবা মীওই থনগৎকদবনি।

ছাত্র অমদি ওজাশিংদা দেমোক্রেটিক রাইটস পীবা:—

লৈবাকসিগী ইউনিভর্সিটিশিংগী এদমিনিষ্ট্রেশন অসি দেমোক্রেটীক ওইদ্রি। অয়াম্বা ইউনিভর্সিটীগী সিনেটতা ছাত্রগী মীহুৎ য়াওহন্নবগী মদুমদা মপুংফাবনি হায়না লৌবা য়াদ্রি। হায়বদি ইউনিভর্সিটিগী থবক থৌশিলসি বিউরোক্রেট ১ দি মীফমশিংগী খুত্তা লৈরি। মরমসিনা ছাত্র অমদি ওজাগী মীহুৎনা সিনেটতা মশিং য়াম্না ওইগদবনি। ছাত্রশিংগী মীহুৎসি সিন্দিকেট অমদি একাদেমিক কাউন্সিলদসু য়াওহনগদবনি। বিউরোক্রেট নত্রগা থবকুগী পোৎথারবা ওফিসারশিংবু ইউনিভর্সিটিগী ভাইস চান্সেলার হেক্তা হাপচিনবা ভোরোইদবনি। মনিপুর ইউনিভর্সিটিশিগী ভাইস-চান্সেলার থনবদা ওজা, ছাত্র অমদি কর্ম্মচারীশিংগী মীহুৎশুনা য়াওবা মওংদা মুম থম-নৈনরগা হাপকদবনি।

ইউনিভর্সিটিদা ওটোনোমী পীবা:— ষ্টেট সরকারনা মখোয় মখোয়গী ষ্টেটকী ইউনিভর্সিটিবু শেলথুমগী মতেং পীবগী স্বার্থদা মখোয়গী মিৎয়েং মথাদা থম্মবা হোৎনৈ। অমুম্না ইউনিভর্সিটীগী ওটোনোমী লৈহন্দনবা শিল্লিবসি ছাত্র অমদি ওজাশিংনা পুনশিন্দুনা থেংনবা হোৎনগদবনি। লোইমনা ইউনিভর্সিটী গ্রান্ট কমিশনবু শেন্নানা হুমথিদনবা ছাত্রশিং অমদি ওজাশিংনা অচেৎপা মিৎয়েং থমগদবনি।

---

# সেপ্তেম্বর ৮

## অন্তর্জাতিগী লাইরিক ময়েক চৎহনবা নুমিৎ

— এল: লৈরেন সিংহ
লেকচরর ইন ইজুকেসন
থৌবাল কলেজ

লাইরিক ময়েক চৎত্রবশিংবু লাইরিক ময়েক চৎহনবা হায়বা ৱাফম অসি জাতিগী অমদি অন্তর্জাতিগী ওইনা লৈবাক অমগা য়াম্না থুনা পাইখত্তবা য়াম্রবা থবক অমনি। করিনা হায়রবদু লাইরিক ময়েক চৎত্তবা অহল-লমনশিংনা সমাজগী মরুওইবা থৌদাং য়াই অমস্তুং ইমুং অমগী চাওখৎ থৌরাং পুম্নমক য়ুম্বুরেল ওইরিবা অহল-লমনশিংগী লিচিং মথাদা পাংথোকপা ঙাক্তনি। চহিচা কয়াদি লাইরিক ময়েক চৎপা অমদি লাইরিক হৈবা হায়বসি সহরগী লমদমদা লৈবা, মচিঙ্গাক চাবা, সমাজনা শকথং-মাইথংনবা অমদি লৌশিং শিংবা মীওইশিংগীতা ওইনা তৌরম্মী। ৱাফম অসিদা সরকারনস্তু থোইনা য়েংশিল্লুবা তৌরমদে অদুগা প্রজাশিংনস্তু থোইদোক্না থল্লকবা তৌরমদে। মমাংদৈগী খত্তমদদি লাইরিক ময়েক চৎত্তবা খুঙ্গংগী চয়বা মীওইশিংনা মথোয়গী সমাজগী চৎনবি অমদি নিয়ম কানুনচিংবশিং অদু মীয়োল অমদগী মীয়োল অমদা অমস্তুং মী অমদগী মী অমদা চিন্না মথং মথং শন্দোক্লরম্মী। অদুবু অবাবদি অয়োনবা অথুপ্পা

অসি মীপুম খুদিংমক্তা ময়েক শেংনা থংহনবনি। পাল্লম অসি কান্নবা হোৎনবদা হেন্না থুনদাং চহী নবনীদমক সেপ্তেম্বর ৮-১৪ ফাওবা চহোল অসিমবু "অন্তর্জাতিক লাইরিক ময়েক চংহনবা চহোল" হায়না পৃথিবীগী মফম শিনবা থুংনা পাংথোকরি।

মুখিৎ অসিবু অমসুং চয়োল অসিবু মেম্বর ষ্টেটশিংনা থৌরম কয়াগা লোইননা পালন তৌনরি। পালন অসিবু মরুওইনা থবাক য়াওনা পাংথোক্লিবা সংস্থাশিংদি স্কুল, কলেজ অমদি লনাই সং-স্থাশিংনা অমাম্বনি। পালন অসিগ মার-লৈননা পাংথোকপা থাবা অমদি পাংথে ক্লবিবা থৌদোক থৌরম খরদি মখাদা পীজরি:

১) লাইরিক ময়েক চংপা অমসুং লাইরিক লাইশু হৈবনা লৈ-বাক অমগী চাওখৎ থৌরাংদা ফাইকাওবা মরুওইনা দর-কার লৈবগে অমদি মতেং ওইবগে হায়বা অসি খবর কাগজ, রেদিও, পোস্তর অমদি চার্টনচিংবগী মতেংনা মীপুম খুদিংমকপু থংহন্নবা হোৎনবা।

২) মরুওইবা পাও থাদোক-থাজিনগী থৌদিয়া ওইরিবা রেদিও, খবর কাগজ অমদি টেলিভিজনচিংবা শিজিন্নদুনা মীপুম ভিংবা জ্ঞান তাহনবা অমদি লাইরিক ময়েক চঙবগী সমস্যা অসিদা সমাজগী ওইনা করি করম্বা থৌদাং য়াগদগে হায়-বদু থংহনবা।

৩) লাইরিক লাইশু হৈবা নহারোন খুদিংমকপু, মরুওইনা কলেজ অমদি ইউনিভরসিটিগী ছাত্র-ছাত্রিশিংবু চহি অমদা য়ামন্নবদা লাইরিক ময়েক চত্রিবা চহি থাইশিন্নবা মীওই

৫ (মঙা) থংদি লাইরিক ময়েক চৎহল্লবা শিল্লবা। মতাং অসিদা এন, সি, সি, এন, এস, এস, য়ুথ ক্লবশিং অমদি কলচরেল ওরগেনাইজেশনশিংনসু য়ু য়ু মরুওইবা থৌদাং য়াহনবা য়াই।

৪। অকক্লবা পনথুং অমা মথংগী চহিদা য়েৌনবা লেপ্প', হায়বদি সেপ্তেম্বরগী ৮, ১৯৮০ দা মথংগী চহি হায়বদি সেপ্তেম্বর ৮ ১৯৮১ করি-করম্বা পনথুং য়েৌহনশিংগে হায়বদু লেপ্পা।

৫। ষ্টেট সরকারনা পাইথংলক্লিবা 'এদল্ট ইডুকেশন'গী থৌরাংশিংবু হেন্না খুবাং চাওশিনহল্লবা হোৎনবা।

৬। লনাই সংস্থানশিং, লাইরিক লৈরবা মীওইশিং অমদি সমাজগী শেংগৎ-শাগৎপদা লেন্না পুক্নিং চংবা মীওই পুম্নমক্না লিচিং অমতদা এদল্ট ইডুকেসনগী থৌরাংশিংবু চাওখৎহল্লবা হোৎনমিল্লবা।

৭। মীওইবা সমাজনা ময়োক্লরিবা লাইরিক লৈতবগী সমস্যা অসিবু মতৌ করম্না কোকহনগদগে হায়বগী মরমদা স্কুল কলেজ অমদি লনাই সংস্থানশিংনা শিনজ-সাংজদুনা ডিবেট, সিমপোজিয়ম অমদি মিফমশিংনচিংবা পাংথোক্লুনা লৈনবা লোইননা সমস্যা অসিবু মুক্তি ওইনা পুথোক্লুনা মিচম প্রকাশিংবু নিংখিনা ভাব ভাহল্লবা সিনেমা, ড্রামানচিংবা উৎথোকপা—অসিনচিংবনি।

পৃথিবীগী ওইনা য়েংলুরবদি ইউনেসকোগী ফিগর মতুং ইন্না চহি ১৫ গী মথক্তা লৈবা মীওইশিংগী শরুক অহুম থোকপগী অমদি ওসি কাওবা লাইরিক হৈতনা লৈরি হায়রবদি চাদা ৩৪.২ তমক লাইরিক হৈরি। লাইরিক হৈদ্রিবা মীওইশিং অসি অয়াম্বনা খুঙ্গংদা লৈ অহুগা অয়াম্বনা নুপীশিংনি। আফ্রিকা অমসুং আরবকী লৈবাক-শিংদনা লাইরিক হৈতবগী চাং অসি খ্বাইদগী হেন্নি—চহি বায়শিন্নব মীওই ৪ গী মনুংদা লাইরিক হৈবা মীওই অমতনি। অদুবু এশিয়াগী লৈবাকশিংদদি চাদা ৪৬.৮ দি লাইরিক হৈযবা মীওইনি। অদুবু অতৈ-অথম লৈতনা নোংমা-নোংমগী হেনগৎলক্লিবা মিশিং অসিনা পৃথিবীগী ওইনা লাইরিক মযেক চত্তবা মীওইগী মশিং অসি ১৯৫০ দা মিলিয়ন ৭০০ ওইরম্বদগী ১৯৭০ দদি মিলিয়ান ৭৮৩ য়োরকখি। মতৌ অসুম্না লাইরিক হৈতবগী চাং অসি চাদা ৪৪.৩ ওইরম্বদগী চাদা ৩২.২ দা হন্থখকখি। অদুবু ১৯৮০ দদি পৃথিবীগী এদল্টশিং গী মশিং অসি মিলিয়ন ২,৮২৩ য়োম ওইবা মাই হায়গা লৌনরি, অদুমকপু প্রাইমারী ইডুকেসনগী পীরিবা খুদোংচাবশিং অমদি এদল্ট ইডুকেশনগী থৌরাংশিং অসি য়েংলুরগা, লাইরিক হৈতবা অহল ওইরবা মীওই অসি মিলিয়ন ৮২০ য়োম ওইবা মাই হায়নসু লৌমরি। হায়রিবা মশিং অসি পৃথিবীগী অপুনবা লিশিংগী চাদা ২৯ য়োমদি লাইরিক হৈতবা এদল্ট ওইগনি হায়না আশা তৌনরি। অমবু ওইরবস্ত নত্রগা অমবু ওইরবসু মথংগী চহি ৩০ হায়রবদি ইং ২০০০ অসি কাওবদা চহি বায়শিন্নবা লাইরিক মযেক চৎত্রিবা মীওই মিলিয়ন ৬৫০ য়োমদি পৃথিবীগী ওইবা লৈখিগনি হায়না খন্নরি।

ব'ফম অমনা লাইরিক হৈতবগা মিশিং হেঙ্গৎপগা য়াম্না নঙ্কবা মরি লৈবৈ। করিনা হায়বদু লাইরিক হৈবগী চাং য়াম্না হন্থনা লৈবা লৈবাক অমন লাইরিক হৈবগী চাং খরা বাংনা লৈবা লৈবাক অৱদগী পোকপগী চাং অসি য়াম্না হেল্লি। মসিগী ওইবা য়াবা মরম অমনা লাইরিক হৈতবা নিপা-নুপীশিংনা য়াম্না ওয়া মযুম-মকৈ পাম্দুনা মচা-মশু মশিং য়ামগল্লি। অদুগা লাইরিক হৈবা মীওইশিংনা মযুম মকৈ খরা থেংনা পানগনবা মরম্না মচা মশুগী মশিংসু খরা মথৈদি হন্ববা শোইত্রবান। অমযোমদা অমুক য়েংলুববসু লাইরিক লাইশু হৈবা মিওইশিংনা লৌশিংসু হেন্না অয়াম্বনা লৈবনা মরম ওইরদুনা মিশিং হেঙ্গৎহন্দবদা থোইদোক্না মতেং ওইরি। মতৌ অসুম্ন থেংনা য়ুম পানবা অমদি লৌশিং হেন্না লৈবা অনি অসিনা থুংশম্নখিদুনা অন্তর্জাতিগী ওইনা থুদোংচাদবা সমস্যা কয়াবু মতাং চানা লৈহল্লনবা শিনবা লাইনা ওমহল্লি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা বাকম অমনা লাইরিক হৈতবা অমদি লাইরিক ময়েক চংতবা হায়বা অসিগা তৎন-থামবা য়াত্রবা বাকম অদুম লৈ। মখোয় অদুদি— লাইরবা, থংদবা অমসুং লাইনা কয়াগী তুংনফম অমদি হৌরকফম ওইবা অসিনি। থুদোংথিবা সমস্যা ময়াম অসি অথুবা মতমদা কোকহন্নবগী অমত্ত ওাইরবা উপাইদি মীপুমখিংনা লাইরিক ময়েক চংহনবা হায়বা অসিনি।

ভারতকী ওইনা য়েংলুববদি সমস্যা অসি থোইনা হেন্না মিংবা কাইনিংওাইগী মশক্নি। করিনা হায়বদু ভারতনা নীংতম্বা

মতুং চহি ৩৩ রোম অসিদা অতৈ অথম লৈতনা শিক্ষাগী থৌরম কয়া লৌখৎতুনস্থু অমস্থুং ভারতকী সংবিধানা স্টেট সরকারশিংদা চহি ১৪ শুবা কাওবগী অঙাংশিংবু ফ্রি অমদি কনপলশরি প্রাইমারী শিক্ষা পিবগী দরিত্য অসি শিন্নহনা ভারতকী সংবিধান চৎন্নবা হৌখিবদগী চহি ১০ গী মনুংদা হায়রিবা চহি মতাং অসি-কাওবদি লাইরিক হৈহন্নবগী অককনবা ফিরেপ লৌশ্রবস্থু থবক অসি পাংথোকপা ঙমদনা ওসি কাওবদি লৈরি। মসিগী মরুওইবা মরম অমবা নোংমা-বোংমগী ঊশিং ইচাওগী মতৌওয়া হেনগৎলা ক্লিবা মিশিং অসিবা হোৎনজরুবা পুম্নমক অরেম্বা ওইহনা লাক্লি। থুদম ওইনা পনবা তারবদা ভারতা ইং ১৯৫১ দগী ইং ১৯৬১ দনা লাইরিক হৈতবগী মশিং অসি চাওরাকনা মিলিয়ন ২৬ হেল্লি। অহুপা ১৯৬৬ তনা ইং ১৯৬১ দগী লাইরিক হৈতবগী মশিং অসি মিলিয়ন ২০ হেনগৎলকই। মতৌ অস্থুম্মা লাইরিক হৈতবগী সমস্যা অসি ইচম-চম্বা হায়বহুদি ওইদ্রে। করিনা হায়ববু মাইকৈ অমরোমদগী রেংলুরগা ফ্রি অমস্থুং কম্পলসরী প্রাইমারী শিক্ষা পীবা ঙমদবা অহুগা অমরোমদনা এদল্ট ইডুকেশন পীবগী থবক অসিস্থু ভারতকী সংবিধানদাদা প্রোভিজন অমা ওইনা য়াওহনা ভারতনা নিংথৌ হেক তমখিবদগী হৌনা পাইখৎপা হৌখিবদগী ঐথোয়না ওসি ওইরিবা ফিভম অসি য়ৌরক্লিবনি হায়না হায়বদা থোইদোক্লা হায়বনরা থোক্লোই। মতাং অসিদা ফ্রি অমস্থুং কম্পল-শরী প্রাইমারী ইডুকেশন পীবগী পনথুং অসি ১৯৬০ দা য়োবা ওমখিদবগী মতাংদা ইউনিয়ন ইডুকেশন মিনিটর প্রোফেসার হুমন

হাসন্নৱ! আগষ্টগী তাং ১১, ১৯৭৮ দা লোক সভাদা মুংঙাইতবা কোং-দোকখি। শিক্ষা মন্ত্রিনা ১৯৬০ দা য়েৌবা য়ারবা পান্দম অদু তরুকতবা প্লান পেরত্তা হায়রদি ১৯৭৬-৮০ কাওবগী মমুং অসিবা তমলগনি হায়না ফোংদোকপীখি।

লাইরিক মরেক চত্রিবশি বু লাইরিক মরেক চৎহনবগী মতাং-দা হৌখিবা জনতা সরকারগী শিক্ষা মন্ত্রি ওইরীবম্বা পি, সি, চুন্দরনা ভারত সরকারনা পাইখৎকে হোৎনরিব পাকচাওরবা মিপুম তিংনা ইবা পাবা হৈহনবগী থৌরাং অদু পনবা য়াই। থৌরাং আসদা লাইরিক লাইগু তম্বগী অহানবদা পাইখৎকদবা অদুগা অকোনবদা পাইখৎকদবা থৌরাংশিং অদু নিংখিজনা হোংদোক-হোংজিন তৌবা দরকার ওইবা অদু নিংখিজনা পল্লি।

অনৌবা শিক্ষাগী থৌরাং অসিনা সধারন প্রজাশিংগী য়াইকনবা হোৎনবদা দরকার ওইবশিং অদুদা তেম্না পুকনিং চংশিন্দুনা, হৌখিবা চহি ১৫০ রোমদা মীওইবা সমাজগী অকনবা কাংলুপ খরবু চাও খৎনবা অমদি কগৎনবা হোৎনবা অদু থাদোকপনি। অনৌবা শিক্ষা-গী থৌরাং অসিগী মরুওইবা পান্দম ৩(অহুম) দি মথাদা পীজরি:

১। স্কুল কাগদবা চহি মতাংগী অঙাং ক্রোর ৬.৫ স্কুল তমদনা লৈরিবা অসিবু স্কুলদা লাইরিক নিংখিজনা তমহনবা লোইনঃ লোইননা মিপুমতিংনা প্রাইমারী শিক্ষা পীবা।

২। লাইরিক মরেক চত্রিবশিংবু লাইরিক মরেক চৎহন্নবা য়াম্না চাওবা মওংদা থৌরাং কন্না পাইখৎপা।

৩। স্কুল কাহৌত্রবা মীওইশিংগী ওইনা নোন্ কোরমেন ইডুকেশনগী 'পেকেজ প্রোগ্রাম' অমা থম্না অসিনচিংবা অসিনি।

মথক্তা পনজখিবা অনৌবা শিক্ষাগী থৌরাংশিং অসি নিংখিজনা

পাংথোক্লবদি ডাক্তর পি, সি চুন্দরগী মত মতুংইন্না চহি ১৫ গী মখক্তা লৈরিবা মীওই মিলিয়ন ১০০ চহি মথাগী মমুংদা লাইরিক ময়েক চৎহনবা ওমগনি হায়বা অসিনি। থবক অসি পাংথোক্লবগী-দমক ভারত সরকারনা ইড্যুকেশন বজেটতা চাদা ৬০ দি শাক-চাওরবা থৌরাং আসগীদমক থাক্তুনা থমখি। রাজ্য সরকারশিংনা মখোয় মখোয়না পুথোকফম থোকপা শেলফম অমা পুথোক্লদুনা থৌরাং অসি য়াম্না নিংথিজনা মাই পাকহনবা ওমগনি হায়না থাজনার। মতৌ অসুম্না ভারত সরকার অমদি রাজ্য সরকার-শিংনা পুম্না পুকচেল-থোইজেন তিনম্না তাম-তিরুদুনা চংশিনমিন্নর-বদি য়োগে হায়না তাক্লিবা পন্থুং অসি য়াম্না থুনা লৌব ওমগনী। সেপ্তেম্বরগী তাং ৮, ১৯৭৮ গী অন্তর্জাতিগী লাইরিক মরেক চৎহন-বগী পালন অদুদি ভারতকী ওইনদি থোইদোক-তোন্নাক্না কায়খি। কনিম্না হায়বদু পালন অদু ইউনাইতেদ নেসন্স এবর্গেনাইজেসনগী চহি ৩০ শুবা মপোক কুমিংকা কাংনখি। লোইন-লোইননা ভারত সরকারনসু তাং ২, ১৯৭৮ গান্ধি জয়ন্তী নুমিৎতগী হৌরদুনা ভারতশিনবা থুংনা চহি নাইশিনরুবা লাইরিক মরেক চৎরুবশিংবু লাইরিক মরেক চৎকনবা বারেপশু লৌখ্রবনি। মরম অসিনা ভারত সরকারনা পায়খৎলক্লিবা থৌরাং আসগী মতুংইন্না চাহ ১৫ দগী ৩৫ ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা লাইরিক হৈতবা মীওই কোটি ১০ দা ইবা পাবা তম্বিদুনা তোঙান-তোঙানবা মাবা-মাবা হৈনগদবা সিনফমশিং দা শেম্থোক লগী তাম্নবা হৌৎনবদা ভারত সরকারনা শোগৎনবা হোৎনখ্রবনি। হায়রিবা থৌরাং অসি মপুংফানা পায়খৎপীরবদি ১৯৮২-৮৩ দদি তাক্লিবা পন্থুং অদু য়োবা ওমগনি হায়না থাজনরি। অদুবু অরাবদি ভারতনা নিংথাতম্বা ফংলবা মতুং ওসি চহি ৩৩ শুরবা ফাওবদা লাইরিক হৈবগী চাং অসি চাদা ১৯'৪৫ রোমদমক

ওইরি। অসিনা তাকপদি ভারতা লৈরিবা প্রজাশিংগী চাদা ৭০ হেন্না লাইরিক ময়েক চংহনবা ওমত্রি হায়বা অসিনি। ফিভম অসি ১৯৮১ গী মিকোক থিবগী মতুংইন্নদি করি ওইরকপা য়াবগে হায়বহ য়েংথিবা তারি। লাইরিক ময়েক চত্নগী সমস্যা অসি ভারতা মুপীগী সমস্যানা মুপাগী সমস্যাদগী য়াম্না হেন্না নিংবা কাইনিংঙাইগী মশক্কি। অতুগা মুপীশিংগীময়রুম্ন খুঙ্গংগী লমদা লৈবী মুপীশিংগী লাইরিক হৈতবগী মশিংনা সহরগী লমদমদা লৈবী লাইরিক হৈতবী মুপীগী মশিংদগী য়াম্না হেন্ন। খুদম ওইনা পনবা ভারতদি ১৯৬১ গী মিকোক থিবগী মতু ইন্না ভারতকী মুপীশিংনা লাইরিক হৈবগী চাং অসি সহরগী লমদনা চাদা ৩৪.৫ নি অতুগা খুঙ্গংগী লমদনা চাদা ৮.৯ নি। অতুগা ১৯৭১ গী মিকোক থিবগী মতুংইন্নদি ভারতকী মুপীশিং অসি চাদা ১৮.৭০ লাইরিক হৈবীনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা ঐখোয়না নীংশীংবা য়াবা বাকম অমমা মুপা ওইবশিংবু লাইরিক হৈহনববুদি মুপীশিংবু লাইরিক হৈহনবনা হেন্না মরু ওইরিবনি করিনা হায়রবু মুপী অমবু লাইরিক হৈহনবদি ইমুং অমবু লাইরিক হৈহনবা-অতুগা মুপা অমবু লাইরিক হৈহনবদি সুপ্নগী মীওই অমতবু লাইরিক হৈহনবনি হায়বদা হায়মমবা থোক্লোই। মরম অসিনা অন্তর্জাতিগী লাইরিক ময়েক চংহনবা মুমিং অসিদা চহি বায়-শিলক্লবী মুপীশিংবু লাইরিক ময়েক চংহন্নবা হোৎনবদা থোইদোক্না পুক্নিং চংশিনবা য়াম্না কাম্নগনি।

মনিপুরগী ওইনা য়েংলুরবদু লাইরিক হৈবা অমদি লাইরিক ময়েক চংপগী সমস্যা অসি থোইনা নিংবা কায়নিংঙাইগী মশক্কি। ইং ১৯৭১ গী মিকোক থিবগী মতুংইন্না মনিপুরগী লাইরিক হৈবগী চাং অসি চাদা ৩২.৮০ নি। মসিদা মুপা লাইরিক হৈবগী চাংনা

চাদা ৪৬'০৪ নি অদুগা মুপীগী মশীংমা চাদা ১৯'৫৩ নি। মরম অসীনা মনিপুরগী ওইরদি চাদা ৬৮'২০ দি লাইরিক মরেক চংপা হায়বদু ওইত্রি। ভারতকী চাওথং থোরাং কয়াগা তরোইননা লাইরিক হৈতবশিংবু লাইরিক হৈতহনবা য়াম্না কম্না হোৎনরি। অন্তর্জাতিগী লাইরিক মরেক চংহনবগী চুমিং অসি পালন তৌবগা লোইন লোইননা লমাই সংস্থাম কয়ানা এদল্ট ইডুকেশন সেন্তর কয়া হাংদুনা অকনবা থবক পায়থংলক্লি। মসিতসু নতনা নেহরু য়ুবক কেন্দ্র অমসুং সিভিজেন ভোলুনটিয়ার সেক্টরনা এদল্ট ইডুকেশন সেন্তর ২০০ রোম হাংদোকুনা লাইরিক মরেক চংত্রিবাশিংবু লাইরিক মরেক চংহনবা অকনবা থৌদাং য়ারি। মসিগী মথক্তসু মনিপুরগী কলেজ ১৩ গী নেসনেল সর্ভিস স্কিমগী ছাত্র ছাত্রি ১,০০০ অমনা মী অমনা লাইরিক হৈতবা অহল মঙা মঙা লাইরিক হৈহনবগী চাংদা লাইরিক ভশিন্দুনা অহল ৫,০০০ বু চহি খুদিংগী লাইরিক মরেক চংহনবগী থবক্তা য়াম্না কন্না চংশিনলক্লি। মনিপুর লিটরেসী কাউন্সিলনসু ষ্টেট অসিদা ইথ-পাব হৈতবা কোকহনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং কম্না লৌরি।

হৌজিক হৌজিক পাযথংলক্লিবা সরকারগী মিপুমতিংনা লাইরিক হৈহনবগী থৌরাং অসিদা ঐথোয় মীপুম খুদিংমক্না হৈনিংবগা লোইননা সহজোক পীবিরবদি ঐথোয়না তাঙিবা পান্দম অসি ফংনবা হোৎনবদা থোইনা রানিংঙাই লৈতনা ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংদগী মাংজিন থানা লাইরিক হৈতবগী সমস্যা অসি কোকহনবা ঙমগনি।

---

# মনিপুর ইউনিভর্সিটি থৌদাং অমসুং পান্দম।

শ্রীসিএট, মনিহার সিংহ
সেক্রেটরী
মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমী

হাহৌদোক:

মতম থরগী মমাঙদা মঙ ওইনা থল্লম্বদু হৌজিক্তি অচুম্বা ওইরক্লে। মনিপুরগী মশাগী ওইজবা ইউনিভর্সিটি অমা লৈরে। চহি কয়াগী মনিপুরীশিংগী থোল্লাওদগীনি। থোল্লাও অদুদি অচম্বা মমল য়াওদবা নত্তে। মরমদি মল্লাম্না থঙলৈ, ইউনিভর্সিটি হায়বসি অৱাংবা থাক্তী মহৈ তম্নবগী খুদোংচাবা পীবতা নত্তনা অপাম্বা আদর্শ নত্তগা জাতি অমগী য়োকথুৎনবা মশক তাক্নবগী শেংলবা মকম অমনি। ভারততা অপাম্বা আদর্শ থম্পা লোয়নন। লিংখৎ-থিবা ইউনিভর্সিটিশিং লৈ, অদুবু মদুগী পরিং ইল্লা চথখিবা কয়া কুইনা ঙমখিবগে, তোয়না, থোয়কপা বাহংনি। লিংখৎকদৌরিবা মনিপুর ইউনিভর্সিটি ভারত অমসুং পৃথিবীগী মহৈ তম্ফম অতৈদা ফংলিবা অৱাংবা থাক্তী মহৈ তম্বগী খুদোং চাবা থম্বদা নত্তনা মনিপুরী সংস্কৃতি মকাকোংনা কল্লোকুবগী য়ুম্ফম অমসু ওইগদৌরিবনি। অকোনবগীসিগীদমক্তনি, মক্ক ওইনা মীয়ামগী থোল্লাও থোয়কখিবদু।

অহুনা অৱাংবা থাক্কী পান্দম অসিগা তান্নৱক্লিবা মহৈগী কোন অসি ভোপ্পা হৌৱগা পোকলাউব্রীবা লোইশিনবগী মওং তাহনবদি য়ারোই। ঐথোয়গী মাওদা হৌজিক বিশ্ব ভারতি, জামিয়া মিলিয়া, গুজরাট বিদ্যাপিঠ অমসুং মৌনা লিংখৎখিবা জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি উবা ফংলে। অহানবা লিংখৎপা মতমদা থাগোম্নখিবা আদর্শ অমসুং পান্দম, মখোয়দুগী মতুংইন্না থবক ওইনা চথখিবা অমসুং মতমগী মতুংইন্না শিথৱকপা। কাইনখংদা, চুম্নগী পরিক্ষা লৌবা; দিগ্রী পীবা ইউনিভর্সিটীগী থাক্তা হুম্থয়কুখিবা।

**মনিপুর ইউনিভর্সিটি অমসুং হৌজিক্কী মনিপুরগী মহৈ তমগী মওং :**

মনিপুর ইউনিভর্সিটি—তিচিং অমসুং 'এফিলিয়েটিং ইউনিভর্সিটি ওইগদৌরিবনি। গৌহাটি ইউনিভর্সিটীগী মখাদা লৈরম্বা জেনরেল এজুকেসনগী কোলেজ ২০ মুক, মেদিকেল কোলেজ অমা পোস্ত গ্রেজুয়েৎ ট্রেনিং কোলেজ অমা অমসুং এগ্রিকলচরেল কোলেজ অমা নৌনা লিংখৎপা মনিপুর ইউনিভর্সিটীগী মখাদা লৈরগদৌরি। অতৈ ইউনিভর্সিটিগা চাং তম্নবদা লাইবক ফৈ হায়নসু লৌবা য়াই। মশীং য়ামদবা কোলেজ খরদগী শীল-লাওবা হায়বসি মথল কয়াগী থুদোংচাবা চেম্নদবা মহে। মশক নাইবা অমসুং আদর্শনা লমজিং ওইবা ইউনিভর্সিটী অমা ওইনবা হোৎনরকপদা থুরোচেমবা থেংনরোই। অহুনা হায়না ইউনিভর্সিটি সেন্তর অসিদা লৈরম্বা সবজেক্তশিং, মতমগী বিজ্ঞানগী; কলাগী চঙদবা য়াম্রবা অনৌবা সবজেক্তশিং অমসুং মনিপুরী সংস্কৃতিগী

মশক ভাক্কদোবা হীরমশিং তম্ব', নৈনবা অমম্বুং থিজিনবগী থবক্তা থুমাঙ চাওশিনবা ঙমগনি। অদুবু অৱাবদি মতম থরদি স্কুল অমস্তুং কোলেজগী থাক্তা চটি কয়ামক্লম তুংহনা লৈরক্লবা চুম্মগী চৎনবীগী লাইব্রিক মতম্বী, সার্তিফিকেৎ অমস্তুং দিগ্রী পীনবত্তা শেমথিবা কুরিকুলম শেমদোকপা মতম কয়ামুক চঙথিবা তারি। মনিপুরগী মহৈ তম্বগী কায়াত্তা, শিংলিদা অনৌবা ঈ কাপশিন্দুনা অনৌবা পাঙ্গল হাপ্পবা লম্বী থিবদা মতম খয় হোৎথিবা তারি।

ঐখোয় খুদিংমক্লা হৌজিক হায়স্কুলগী থাক্তা লৈরিবা মতম্বী স্কুলগী শীল-লাওবা অমস্তুং ছাত্রগা ওজাগা লৈনরিবা চাং অমস্তুং মরী পেমদে। অদুবু অতোপ্পা লম্বেল পুথোক্লদবনা অম্নম খুঙবা তাবা ওইনা লৈরক্লি। লৈতবদি নত্তে। হায়স্কুলদা নীংথীনা মমুং ভানা তাক্লভবা, লমজিংবীরক্তবা ছাত্রশিং কোলেজদা শেম্ব। বানা থোকই। অমুক, কোলেজদা থাজহনবগা লোয়ননা লমজিং পীক্লবদি ইউনিভর্সিটিগী থোঙজিন্দা চঙলকপা য়াবা ছাত্রশিংগী চাং অদু য়ৌনা থুংলবা ঙমদে। মনিপুরগী কোলেজশিংগী ফিতম পনবা তারবদি পেন্দে হায়রবতা নত্তনা তেংথানিঙাইগী নশক ওইনা লৈরি। মরু ওইনা বিজ্ঞানগী ক্লাস য়াওবা কোলেজ কয়ামরুমগী মওং চাদবা উবদা নুংঙাইতবা পোক্তবা ঙমদে। পুম্মক অসিগী মথক্তা ময়েক লানা তুঙ্কচমা উরিবদি কোলেজশিংগী লেকচরর খনবদা মহৈগী, অক-ফত্তগী চাং য়েংদনা কৎপা ওবা শেনকমগী চাংদা চৎনবা অসিনি। ওজা ওইবগী মোয়াল লৈত্রে, অদুনা মহৈ তম্ফমশিংগী মশক থীহল্লে। লৌশিংদা পুকচেলদা থোনা লৈতবা ওজাশিংদগী ঐখোয়না

করি অমুক আশা তৌরিংগাই লৈ। পাম্বীদা তীন চাবা হায়বসি অয়াম্বনা পাম্বী মশাদগী অদুম পোকচবা ওাকনি। অহুনা হৌজিক স্কুল কোলেজশিংগী অশোয়বা কয়া থোরক্লিবসি মখোয় অসিগী শীল-লাওবা শোয়বদগী থোরকপা ওাকনি। হৌজিকমক গোভর্ন-মেন্তকী অরিবা কোলেজ অনী অসিগী কাম্পাউণ্ডদা অমুক্তং চত্নুনা য়েংবীয়ু। মসিদা তম্লিবা ছাত্র অমম্বুং ওম্বীরিবা ওজাশিংগী পুক্নীং করম্না থোগংকদৌরিবনো ?

অহুনা মনিপুর ইউনিভর্সিটিগী অহানবা থোদাংদি মনিপুর কোলেজশিংগী ফিভম তম্বীবগী মওং, লেকচররশিং থনবা, ছাত্রগী চাং কুপ্লা য়েংশিন্নগা মওং চানা থম্বা অসিনি। কোলেজগী থাক্তগী হৌরদুনা অবাংবা থাক্তা মহৈ তম্বগী চাং অসি কল্লা থম্লব হোৎনবা ওাই। মসিনা মরম ওইদুনা ইউনিভর্সিটীগী থাক য়োরকপদা মেরিতস্থু ওাদবা অককুবা মশীংগী ছাত্রশিং ফংবা য়াই। অস্নুম্না কোলেজগী থাক্তগী ছাত্রগী মশীং অসি কক্তুনা থম্বা ওল্লবদি, কেম্পসকী ঈরাংশিংস্থু থর থিংবা ওম্বা য়াই। ওল্লক্লিবা মতমগী য়াওল মতুং ইল্লা মীয়ামগী ওইবা মহৈ তম্বগী লম্বী ( Democratisation of Education ) চত্থরকপসিনা হৌজিক সমাজদা কাওরিবা রাজনীতিগী ঈথিল পুম্নমক মহৈ তম্লিবা নহা-য়োনশিংগী মরক্তস্থু তোরনা ফাওজিল্লকই। মসিদগী চহী খুদিং থা কয়া কয়া লাইরিক তম্বা লেণ্ডুনা লৈ। মতুগী মহৈদি মনি-পুরী ছাত্রশিংনা ইউনিভর্সিটীগী চাংয়েংদা শোত্থরকপা নত্তনা

অতৈ করিস্নু ওইদে। করিগুম্বা অমা তৌহনা রাজনীতি অসি থিংবা তাই। রাজনীতি হায়রগা পাটি´ পোলিতিক্স ওাক্তা নত্তে, অতৈ নিঙাই শংদানবা, ঈরাং তৌববুস্নু য়াওরি। মচুগা লোয়ননবা লেকচররশিংগী হৈনিংবস্নু পোকহনবা তাই, কোলেজগী মকোক ওইবশিংনা ফিনম উৎপা তাই। পরিক্ষা নীংথৌনা অচুম্বা মওংদা পাঙথোকপা তাই। লেকচররশিংনা লিংজেল মাগ্নরবদি ছ'ত্রশিংগী মরক্তা লম হেনবা অমসুং পরিক্ষাদা শিন্নবনচিংবা কয়া থিংবা ঙমগনি। অসিগুম্বা থকসি-খাসি অসি কোলেজশিংদা হাপ্পনবা ছাত্রশিংগী অহল লমনশিং কোলেজ শীল-লাঙবদা য়ারিবমথৈ য়াওহন্নবা হোৎনবা তাই। অসুম্না পুম্না দায়ীত্ব লৌবীনবা লৈরবদি লমহেনবগী থবক থিংবা ঙমগনি।

অনৌবা (মোদন´) কোস´শিং হাপ্পা

ইউনিভসি´টিশিংদা অনৌবা কোস´শিং হাপচিন্নকপা হায়বসি মতমগী খোঙথাং মতুংইন্না তৌদবা য়াত্রবনি। নৌনা লিংখৎলকপা মনিপুর ইউনিভসি´টীগুম্বদদি অপান্নবা পান্দম থরগা লোয়ননা শেম্নকপনিনা মশানা অহুম তাজন্নবনি অমসুং মসি পারখৎপদা অপনবস্নু কয়া লৈরোই। অবাংবা থাক্তা মহৈ তম্বদা অনৌবা য়াওল পুরকপা হায়বসি ইউনিভসি´টীগী ওজাশিংনা, মখোয়না লৈরিবা সমাজ অমসুং মতমগী চঙদবা য়াত্রবা কয়া উরগা মখোয় মশানা মতমগী লৌশিং অমসুং রাখলদা অনৌবা থুদোল হাপ্পা ঙম্বা মীশক্তি হায়না থন্নবতদা ওইরকদবনি। হান্নবা থঙনরবা

লৌশিংগী পরমশিং অহুবু হৌরক্লিবা ছাত্র কাওলুপ কাওলুপ্তা হঞ্জিন হঞ্জিন তম্মীবনদি থোইনা কান্নবা পুরক্লোই। অস্নুম্না 'intellectual atmosphere' অমা শেম্না তম্নবদি ওজা অমস্নুং ছাত্র অনীমক্কী খোঙথাং পুন্না চৎমিন্নবা ওমগনি। পোৎ খুদিংমক কুপ্না য়েংশিনবা, অনৌ অনৌবা ৱাখল পুথোকপগী হৈনবা অসি ছাত্রশিংদা পোক-হন্নবা হোৎনবা তাই। অস্নুম্না ইউনিভর্সিটি থাদোক্নুনা চৎখিবা মতমদা ছাত্র অহুমা মরম্নাইগী লৌশিংগী মুন্ফমদা লেপচবদা নত্তনা, সমাজগী চঙগদৌবা কন্নাদা ভেংবাংবা ওমগনি অমস্নুং মশানা থন্দুনা ভমজক্কবা হীরমগীস্নু অনৌবা সীমানা কয়া পুথোকপা ওমগনি। মসিগী মতাংদনি, অসিগুম্বা লমজিংপীবা ওম্নবা অথম্নবা ওজাশিং চওই অমস্নুং মসিগী তুং ইনবা ওমগদৌবা অথম্নবা ছাত্রশিংস্নু থম্নগা লৌবা তাই। রাজনীতিগী মায়কৈদগী অমস্নুং শচাল মীয়াম্ন নাইবগী মওংদা চথবা তারবদি ভারতকী মফুংদা য়াউদগী থেংনা লিংবা ইউনিভসি'টি অসি চুম্নগী পরিক্ষা লৌবা দিগ্রী পীবদগী হেন্দবা ইউনিভসি'টি ওইগনি।

পান্নম:

মনিপুর ইউনিভসি'টি—মসিগী পান্দমদি জগোইগী চানি শাব-দগী স্পেস ক্রকত থাগৎপা কাওবা তথা কংনবগী খুদোংচাবা পীবা ওম্না য়াবা অহুনি হায়না লৌমগনি। মমম অহুনা মতাং অসিদা ঐথোয়না লৌগদবসি ইউনিভসি'টিগী ছাত্র মশিং য়াম্না, ওফিস ওর্গনাইজেসন চাউথা নত্রগা শেল য়াম্না কাইবা ওাক্তা নত্তে,

ইউনিভর্সিটি অসিগী 'স্তেন্দদ' অমসুং 'পাঙথোক্লিবা থবকী অর্থ' থোকপা অতুনি। অতোপ্পা বাফম অমনা 'ভস্মীবা' অমসুং থিজিনবা (রিচর্স) কী থবক নীংথীনা চথনবগী খুদোংচাবা শেম্বতা নত্তনা মসিনা তাল্লিবা পান্দম অদু লৈবাক অসিগী মীওই অমসুং সমাজ-গী মরী লৈননা চংপা তাই। মথক্তদু পঙ্গুর্ফে, ইউনিভর্সিটি অসি লিংখৎনবগী দাবী, মরু ওইনা অতৈ ইউনিভর্সিটীদা হৌজিক কংনরিবা হীরম কয়াশিং অসিগী মথক্তা, মনিপুরীশিংগী মশক তাকপা ওস্বা হীরম কয়া থম্বা অসিনি। মনিপুরদা মী কাওলুপ কয়ামরুম্বা লৈকোল অমদা মচু মথল কয়ানা তিনবগুম্বা লৈরি, মথল কয়াগী ফিজেৎ শেৎনরি, লোন লোল্লি অমসুং চৎনবী ওাক্লি। মথোংগী সংস্কৃতি ভস্বা, য়োকখৎপা অমসুং চাওখৎনবা হোৎনবা—মসিগী অতোপ্পা পান্দম ওইগদৌরিবনি। অদুমা ইউ-নিভর্সিটী অসিগী লৌশিং তারবগী থৌনা অমসুং অচুম্বা ফিরেপ অদু খজিতং হস্তরকপদা সমাজগী শক্লোন হোংলকনি। মরমদি ইউনিভর্সিটী অসিদগী মনিপুরী সমাজনা থৌনা অমসুং লিংজেল কংলকদৌরিবনি। মসিগা সমাজগা থাগোম্বনা চৎমিন্নগনি, মুকম্ব মুক্লগনি। হায়বদি সমাজগী মশক তাকপা অমসুং সংস্কৃতিগী মশক নৈনবত নত্তনা, সমালোচনাসু তৌগনি। মসিদগী সমাজ অমুক নৌনা শেমবগী লম্বী অদু কংগনি।

**ইউনিভর্সিটি এক্ত :**

'মনিপুর ইউনিভর্সিটী এক্ত' এথোমগী মাওদা লৈরে। য়াম্না

থুনা মতম থরগী মন্নুংদা এসেমব্লীদা পুথোকপা নংনবা শেমথিবনি হায়বনিনা ঐখোয়না থোইনা কোমেন্ত তৌনিংঙাই লৈতে। অমুক য়ারিবমথৈ থুনা এমেন্দ তৌরকনি হায়না আশা তৌবা নত্তনা। অদুবু ময়েক লানা চিংথব থরদি পঞ্জবা ভাই। গবর্নরবু ভিজিতর ওইনা থম্মিবা অসি থোইনা চুন ফাত্তে। সেন্ত্রেল ইউনিভসিটি-শিংদত্তা ভিজিতর লৈনৈ, প্রাইম মিনিস্তরনা চান্সলর ওইরগা। ষ্টেটশিংগীদি গবর্নরনা চান্সলর ওইবা ঙাক্তনি। চান্সলর অমস্রুং ভাইস চন্সলরবু চহী মঙাগী ওইনা থনবসিগী মহুত্তা চহী অহুমগীতা থম্বনা ফগনি। মরম কয়ামরুমদগী ভারতকী ইউনিভর্সিটী অয়ামম্ব মমি লৌনৈ। 'Transitional Provisions' মচা তানা পীরমদে, অদুনা হৌজিক অনৌবা ইউনিভর্সিটী অসি হৌরমদাইদা চয়ক চহীং মাইবা কয়ামরুম থোক্লিবসিনি। অতৈ অতোপ্পা অরাংপা থরনা—(১) ইউনিভর্সিটী কমিতি প্লান্নিং বোর্দ (২) ইউনিভর্সিটি ফন্দ (৩) দিবলপমেন্ত কমিত্তি (৪) ইউনিভর্সিটি ইমপ্লোশিংগী সার্ভিস কন্দিসন (৫) মনিপুর সরকারগী চহীগী শেন্থাং (৬) মনিপুর সরকারগা ইউনিভর্সিটিগা লৈনগদোবা মরী, মরুওইনা সরকারনা য়েংশিনবা ওবগী পাঙ্গল—মখোয়াস এক্ত অসিদা থুনা হাপচিনবা চঙই। অতোপ্পা বাকথ অমনা এক্ত অসি চৎনবা হৌবা মুমিত্তুগী জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটী সেন্তর ওফ পোস্ত গ্রেজুয়েৎ স্তদিজ 'দিংজোলভ' তৌগনি হায়না পল্লমদে। ময়েক লানা বাংপা অমস্তু মথক্তঃ ঐনা পঙথিবা অনৌবা কোর্সকা মরী লৈননা থোকপা, গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী মখাদা লৈরম্বা

হৌজিক্তা মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা এফিলিয়েৎ তৌরক্লগদৌবা কো-লেজশিংগী ছাত্রশিংগী কোর্সশিং লোইশিন্নবগী বায়োল পল্লমল্লে। মতুংগা লোয়নননা গৌহাটী ইউনিভর্সিটিগী মথাদা লৈরম্বা কোলেজ অমসুং নৌনা লিংখৎপা কোলেজশিং এফিলিয়েৎ তৌনবগী বা-য়োলসু কুপ্না পল্লমল্লে। অতৈ অতোপ্পা অৱাৎপা, মচাশিং অতৃদি থোইনা পল্লুবগী মতাং অসিদা কায়ল্লে।

**ইউনিভর্সিটিগী বায়োল:**

ইউনিভর্সিটি বায়োলগী মতাংদা থর পল্লবদা ভারতকী ইউনি-ভর্সিটি অয়াম্বগী অশোয়বসি মসিগী মওং মতৌ (structure) অমসুং শীল্লাংবদনি (organisation)। বাকোয় শুদনা হায়রবদা কনি-গুম্বা ইউনিভর্সিটি অমনা তম্বীবা 'থিজিনবা' অমসুং সমাজগী অৱাংবা লমজিং পুম্না পাঙথোক্কে হায়রবদি ইউনিভর্সিটিগী বায়েপ পুম্নমক একাদমিক ওইবা মওংদা (academic considerations) লেপক-দ্রবনি। মসি নত্তুনা ইউনিভর্সিটী কয়ামকম মরুওইনা নৌনা লিংখৎলক্লিবা অয়াম্বা, জাতি, লোন, অমদি লমগী ওইবা অথুবা মিৎয়েংনা পুত্থুনা চৎথিবসু য়াই। ইউনিভর্সিটি অয়াম্বদা বাৎলিবসি ওজা অমসুং ছাত্রশিংগী মরক্তা হৈনবীংবা (dynamism) য়াওদব-সিনি। অমনা অমবু থৌগৎনবগী লিচিং য়াওব্রবদি পুম্নমক্কী ওইনা শোথরকই। মসিগা লোয়নননা ইউনিভর্সিটীগী মরুওইবা কায়াৎকী শরুক হায়বদি সিনেৎ, সিন্ডিকেৎ অমসুং একাদমিক কাউন্সিলসু পুম্না চৎমিন্নবা হোৎনবা তাই। অহুম অসিগী মপুংদগী সিন্ডি-

কেংকী দায়িত্ত য়াম্না চাউই। মসিদা য়াওরিবা মীশকশিংনা ইউনিভর্সিটিগী থবক। সরকারগী থবক্তা থেম্নবা থমদবদগী চঠৈনবা কয়া থোরকই। একাদমিক কাউন্সিলসু 'community of scholars' ওইবগী মহুত্তা মথল মথাগী মী তিনবদগী অপাম্নবা মশক নাইবা থবক পাওথোকপা ওমগন্দে। Board of studies শেম্বগী বা Act অসিদা পন্নি, শেমদবদি য়ারোই। মসিগী মতাংদা, কলকত্তা ইউনিভর্সিটিগী নমুনা অসি খ্বাইদগী কৈ। মসিগীদি সবজেক্ট খুদিংগী বোর্দ অনী অনী লৈ। অমমা অন্দগ্রেজুয়েংকী, অতোপ্পা অমুনা পোস্তগ্রেজুয়েংকী।

পুন্নমক অসি হায়রুরগা খ্বাইদগী মরুওইবা থমগদবদি ইউনি-ভর্সিটীগী ভাইস চান্সলর ওইগদৌরিবা মীশক অমুনি। ভাইস-চান্সলর ওইনবগী থোইদোকপা অপাম্নবা নিয়ম অমসুং অথম্নবা গুন চঙদে। তৌবদবু য়াজনীতিগী ঈথিল চঙদবা অমসুং সিভিল সার্ভিসতা অহামবা মী চংবা য়াদব। অমুম হায়না ভাইস চান্সলর থনবদা য়াম্না কুপ্না থম্নবা ভাই। ইউনিভর্সিটিদগী লাকপা মী ঙাক্তনা ভাইস চান্সলর ওইগদবনি হায়বা বা লৈতে। ইউনি-ভর্সিটি কয়াদা অতোপ্পা শিনফমদগী লাকপা মীশকশিংনসু য়াম্না নাংথিজনা অমসুং কথোকপগা লোয়মনা ওকিস অসি পুথি। "What is important is not the particulars professional background of the Vice-Chancellor but, rather his intellectual competence and the commitment to the values for which the University has, all through the ages stood, A great vice chancellor

can do more to develop the quality of university than impressive programmes of mere administrative reform (P. S. Ayar the governance of Universities)

অমরোমদা অসিগুম্বা ভাইস চান্সলর থনবা ওম্বা ইউনিভর্সিটীগী থবক অমসুং থৌদাং লায়না লৌগদৌবা নত্তে।

অহুনা মনিপুর ইউনিভর্সিটী অহানবদা; মনিপুরগী লৈরম্নিবা মহৈ তম্বগী কায়াৎ পাঙ্গল, থৌনা হাপ্তুনা চূমথোকপা তারি, মতম-গী থুমাং চাওশিন্না চৎননবা অনৌবা কোর্সশিং হাপচিন্নবা হোৎনগনি মনিপুরী সংস্কৃতি মশক তাক্লবা য়োকখৎনবা হোৎনগনি মসিনা লৌশিং অমসুং লমচত্তা সমাজগী লমজিং ওইগনি। পুম্নমক অসি ওইবা ওম্নবা ইউনিভর্সিটি শীল্লিবা মীওইশিংসু মশক নাইবা ওাক্তা থনবা তাই।

# "মনিপুরদা ফিজিকেল এজুকেশন"

কেজ্রিময়ুম যুগেশ্বর সিংহ
ষ্টেট কোচ (ভোলিবোল)
ফিজিকেল এজুকেশন এন্দ স্পোর্টস,
মনিপুর

ফিজিকেল এজুকেশন, এজুকেশনগী তংল-থান য়াওবা মচল অমা ওইবতা নত্তনা, মীওইবা জীবগী মৈহৌয়োলগী লোয়নর-ক্লবা হকচাংগী লেং-ওৎপগী তোঙান-তোঙানবা মওং কয়াগী মতেংনা মীওই অমবু সমাজ অমগী মতিক চায়বা নাগরিক অমা ওইহনবগী য়ুক্ষম ওইরবা শিক্ষাগী শকলোন অমনি।

'ফিজিকেল' হায়বা বাহৈ অসি শীজিন্নবগী বাফমদি হকচাংগী লেং-ওৎপা হায়বদি চেনবা, চোংবা, লংবা, হুনবা physical movements কয়াগী মতেং লৌই হায়রুনা তৌবতনি। তশেংনমক 'ফিজিকেল এজুকেশন' না হকচাং-শাক্সেল অমদি শাম্-খোংনবগী থবক থৌশিল থৌরম কয়া শীজিন্নরুনা মীওই অমবু মশা মওঙ ফবা লমচৎ-শাজৎ, অমদি লোমচৎ-ব্যাবহার ফজবা, পুকচেল তপ্পা, পুক্নিং কাজিনবা ওস্বা সমাজগী মতিক চায়বা নাগরিক অমা ওইহনবা হোৎনৈ।

অসিগুম্বা ফজরবা রাথংলোম অসিগী মথাদা মনিপুরদসু 'ফিজিকেল এজুকেশন'গী movement অমা শক ১৯৫৫-৫৬ কী অহুবাইদা মথি তারকপা হৌথি।

মনিপুর সরকারনা Education Department গী মথাদা Director of youth welfare অমদি Inspector of physical Education নচিংবা ফম থিদোক্নবা য়াম্না তং তাবা চাউখৎ-নবা হোৎনথি।

হৌদোকপা ওইনা মতম অহুগী Inter M. E. Track and Field-Meet নচিংবা চৎথরকথি, অহুগা ওসিকাওবা চৎথরিবা Inter school Tournament শিং য়াম্না মপুং-ফারবা phy. Edn. গী programme অমা ওইনা চৎথিদবা ওইরবসু, সরকারনা লৌখৎথিবা থৌরম অহুগী কারবা লৈতবদি নত্তে।

ম.সগীসু মথক্তা লম লমগী য়ুথ ক্লবশিং, এসোসিয়েসনশিং অমদি ষ্টেটকী থাক্তা লিঙখৎলবা তোঙান-তোঙানবা স্পোর্টস এসোসিয়েসনশিংনা মনিপুরদা শাম্ন-খোৎনগী চাউখৎ খোংথাংদা অবৌবা ঈনোৎ পীরকপগা লোয়ননা 'ফিজিকেল এজুকেশন'সু অবাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনরকই। তশেংনমক মীপুম তিংন "Character Through Sports" হায়বা স্লোগান অসিগী মওংগী ওইবা ভত্ব খংনবা হোৎনরক্লে অমসুং মহুগীদমক্তা সরকারনা পান্ন-খৎলিবা থবক থৌরম কয়াদা হেন্না অমুক পুক্নিং থিংজিনবিনবা হোৎনরক্লে।

নিংশিংবিবা য়াই মনিপুরদা সরকার অমদি শাম্নবগী তোলুন্টবি সংস্থান কয়ামকন্না State Level Sports Seminar অমদি State Conference কয়া কৌরে। সমাজগী য়ুম্নীরেল ওইরগদৌরিবা নহারোল, ছাত্র ছাত্রী কয়ানা মনিপুরদা শাম্নবগী অমদি ফিজিকেল এজুকেসনগী হিরমদা মনিপুর সংস্থানগী পুক্নিং চিংশিনবা ওইনা "SPORTS REVOLUTION" চেফোং পুখোকখ্রে।

State Institute of Education না Class (iii) দগী Class (viii) ফাওবগী Physical Edn. & Sports কী Syllabus অমা পুথোকখ্রবা Manipur সরকারগী অয়াবা লৌখ্রে। অদুনা হায়রিবা Syllabus অদু চৎলিবা sixth five year plan 1981-82 দগী মনিপুরগী স্কুলশিংদা চৎনহনগনি। Board of Sec. Edn. Manipur নস্থ Class (ix) দগী (xii) ফাওবগী phy Edn. & Sports of Syllabus শেম্বা লোয়শিল্লে হায়রি, অদুগা মদু চৎলিবা শক ১৯৮১/৮২ দগী মনিপুরগী High School অমদি Hr. Sec. School শিংনা চৎনহল্লগনি খাজনরি।

Physical Education & Sports of Movement অসিদা "Sports Movement Committee, Manipur" শক ১৯৭৮ গী Feb. 23rd তা শেমখি। সংস্থান অসিদা State Level Sport Assn. গী মীহুৎ স্কুল, কলেজ, ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নগী মীহুৎ কয়া Committee অসিনা মতম অদুগী সরকারদা শাম্নবগী অমদি physical Edn. খৌশিল খোরম শেমদোকবা Manipur state

council বু Autonomy ওইনবা তকশিনখি ভাবীত্ৰবদা Relay Hunger strike মথং-মথং চংথখি, ক্লব, স্কুল, কলেজ, এসো-সিয়েসন, ইউনিভর্সিটি অমদি ছাত্র নহারোলশিংগী সংস্থান কয়াগী মীহুৎশিংনা Relay Hunger strike অসুদা শরুক য়াখি। শাসরোইশিংগী খোল্লাউ কয়া অদু ভাবিদনা নিংবা কায়নখিবদগী "FAST UNTO DEATH" কী লানজং অমা শক ১৯৭৯গী আগষ্ট তাং ১১ দগী হৌখি।

মীয়ামগী ইহৌ অদুগী কল ওইনা ভুসি ঐখোয়গী মাংদা লৈরে মপুং ফানা মশা মহমাই মদোম লেপচবা ওমজরবা Manipur State Sports Council অমদি মপুং ফাবা Phy. Edn. & Sports Directoret অমা। লোয়নবা মপুং ফ'রবা Phy. Edn. & Sports কী Cabinate Minister, অমদি State Minister Sports কী Independent portfolio শক ১৯৮০-৮১ গী Budget তা Demand No. 25 গী মথাদা য়াওরিবা Sports Physical Training অসি হাইফেৎ মরিং-মরাংনা উই। হান্না লৈজরম্বা Department শিংগীদি য়াম্না নীংবা কাইনিংঙাইনি।

অশেংবা ফিজিকেল এজুকেসন অমদি স্পোর্টসকী ফিদম অমা উৎনবগীদমক মথাগী কিয়মশিং অসি সরকারনা অমদি মরি লৈনবা Authority না লৌথংপগী ভঙাইফদবা লৈ। (১) মনিপুরগী মরুওইবা মফম কয়াদা রিক্রিয়েশনেল অমদি য়ুথ সেণ্টরশিং হাংদোকপা। (২) শাসরোইশিংবু (মুপা, মুপী) য়োকথংনবগীদমক

অথুবা থোৌরাং পাইখংপা। (৩) শায়রোইশিংগীদমক্তা থবক হাপ্পদা টেকনিকেল ত্রেনিং চৎপদা অমদি ছুটিনচিংবা লৌবদা থর হৈয়া থুদোংচাবা পীবা। (৪) ইলিমেণ্টরী স্কুলগী থাক্তগী ইউনিভর্সিটি থাক ফাওবা মনিপুরগী শিন্দমশংশিংদা ফিজিকেল এজুকেসন অমস্থং স্পোর্টসসি কম্পলশারী সবজেক্ট অমা ওইনা য়াওহনবা। (৫) শোইনাইরবা ছাত্রশিংগীদমক্তসু ফিজিকেল এজুকেসন অমস্থং স্পোর্টসসি কম্পলশারী ওইহনবা। (৬) শায়রোইশিংগীদমক্তা ফি-জিওথেরাপী অমস্থং লায়েংনবগী থুদাংচাবা পীবা। (৭) মনিপুরদা ফিজিকেল এজুকেসনগী কলেজ ইন্সটিটিউসনচিংবা থুনা লিংখৎপা (৮) মনিপুর ইউনিভর্সিটিদা ফিজিকেল এজুকেসনগী ফেকলটি অমা হাংদোকপা। (৯) ফিজিকেল এজুকেসন অমস্থং স্পোর্টসতা রিসর্চ তৌরিবা অমদি খণ্ডহৈরবা কাংবুবু পুক্লিং থোগৎপা। (১০) ফিজিকেল এজুকেসন অমস্থং স্পোর্টসকী থৌরমশিংদা মীয়াম পাক শন্না য়াওহন্নবা হোৎনবা।

অদুনা হৌগৎলকপদা ভাইরিবা "ফিজিকেল এজুকেসন" গী থবক থৌশিল পুম্নমক অনৌবা বাখল্লোন — মী অমবু মপুং-ফানা শেম্বগী আদর্শ অসিগী মখাদা থুমাং চাউশিনবা তাই। চুম্বতা অন্তাং ময়াম পংশান শাম্নহনবা অদুনদি physical edn. গী পান্দমশিং অদু ফংগনি বাহনবা। অদুনা সরকারনা অচুম্বা মওংদা চান-চুনবা programme কয়া formulate তৌবিবা তাই। ভাইহাকী লৈপুংনা ঘন শাহনবগী মথৌ তাদরে।